# মণিপুর জগোয়

( রাস মথল মরিগী ইশৈ )

ইরবা :—

শ্রীমাইস্নাম গুরুঅমুবী সিংহ

সুপরভাইজর,

জৱাহারলাল নেহরু

মণিপুর ডান্স একাডেমী

ইম্ফাল।



মমল লুপা: ৫·০০

# কচ্চবা

শ্রীশ্রী৺বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউ অনিগী শ্রীচরন্দা তেংল্লবা ননাইনা হুম্না হম্না খুরুমজে ।

ভক্ত নারদ মুনি ঋষি কয়ানা থংবা ওমদবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী প্রেম লীলার করিস্ত খ জদবা ননাইনা ইবুংঙো ইবেম্মগী মঙ্গল ওইনবা অমসুং পেন'বিনবগীদমকনি থজ্জনা লেংজব' "মণিপুরি জগোয় রাস মণ্ডল মরিগী ঔশৈ" নাটরিক অসি অনিগী শ্রীচরন্দা কচ্চরি ।

শ্রীমাইস্নাম অমুবা সিংহ



শ্রীমাইস্নাম গুরুঅমুবী সিংহ

# রাস মথল মরি।

লাইরিক অসিদা "কুঞ্জরাস" "মহারাস" "বসন্তরাস" অমসুং "নিত্যরাস" মথল মরি অসিগী ছেরেংদা শ্রীমতি রাধিকানা হায়রিবা অভিসার তৌবা "নিত্যরাস" মথল অমগা হাপচরে।

রাস থুদিংগী মঙ্গলাচরণ ক্রমদা সুত্র পুংগী রাগ মচা সুত্রধারিগী রাগ, বৃন্দাবন বর্ণন, বৈষ্ণব থুরঙ্ব, কৃষ্ণ অভিসার রাধা অভিসার, যুগোলরূপ প্রার্থনা, গোপী লেংথোকপা, গোপীরাগ, মপোপ জগোই, ভঙ্গী পরেং, কৃষ্ণনর্তক, রাধানর্তক, অভ্যাস পর্ব, পুষ্পাঞ্জলী, প্রার্থনা, অমসুং আরতি আসনচিবা। রাস মখিং তোঙান তোঙানবগী মতু হায়বা তোঙান তোঙানবা ঋতুগী লীলা ক্রমিক কায়দনা হৈজে।

ঈশৈ থুদিংগী য়েগদবা পুংলোন মপুং, অথাবা অমমম তাল মাত্রা চাপ্তুনা কোংবসিদা ঐগী ইতেং পাংথিবা শ্রীথিবাইজম বাবু সিংহবু ঐনা হয়না হয়না আশীর্বাদ তৌরি।

লাইরিক অসি কোংননবগী হিরম থুদিংদা ভাবপুরকপা ঐবু মপামকনি হায়না নিংজরবা অরাবা কোঙ্গাই য়াওমিন্নবা ইচা শ্রীচিত্রসেন সিংহবু মতম কুয়নগী মঙ্গলাশীর্বাদ তৌরি।

থৌদোক অসিদা শক্তি হাপ্পীবা মণিপুর সরকারগী শেলগী মতেং পীবিবগী থৌরাংবু হেন্না চংথোনহনবিনবা ইশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

লাইরিক অসিগী মশাদা অশোন শংগ্রহ য়াওবা ভাকপিরক্ষ-বদি থোইদোকনা মমল য়ামলবা মতৌনী পাঙ্গলনা মথংগী চেকোদা চুংথোকচগনী।

লাইরিক ইরবা।

শ্রীমাহম্নাম অমুবা সিংহ



শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ

# ৱাহৌদোক

সংসার মীওইবনা ভক্তি তৌছনা কংগে তান্নিবা অথোইবত্ত জগোয় ঈশৈনা খ্বাইদগী নক্না কংলে। শ্রীমুখনা তাকপীবা য়াথং বেদ শাস্ত্র পুম্নমক্না তান্নিবা অথোইবা লম্বী মণিপুর সনা লৈবাক্কি নিংথৌরেল য়াইফবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা "পুং ঈশৈ জগোযন" কলিগী যজ্ঞনি হায়না শাক্ষ্যাৎ ফাওবিত্নুনা সঙ্কীর্ত্তণ ওইনা কংহনবিগ্রবা পৃথিবী থুংনা মমিং চৎলবা মণিপুরগী অথোইবা "জগোয় রাস" লাই ওইগ্রবা ওঝ গুরুগী চৎনবী নিয়ম ফুং ইজত্নুনা। হৌরকইবা মীরোল কয়াদা মতেং ওইগত্রা। থজত্নুনা মরূ ওইবা জগোয় রাস মথল মরিগী হৈরেংবু মৈতৈলোন্দা ইথোকচৈ।

# ৱারম খরদং

হৌজিক জগোয়গী মরমদা পুকনিং চংবা মীয়োল কয়াগী মহৈ অসি তমননবা থৌয়াং নিংথিন। লৈরবা মতম অসিদা মপুংফানা চংথোনবা মহৈ হৈজনবা য়াননবা য়াসগী মরু ওইবা শরুক শেংনা থংহননবগী দমক য়াওত্রবদি য়াদবা মথৈগী শরুক অদু উৎচরি। করম মতাংদা করি লৈতেং হাপচিন্নবগে হায়বগী শরুক অদুম কোয়া ফোংনবগী হোৎনজরি।

লাইরিক অসি জবাহারলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী সেলেবসকা চাননা ছাত্রশিংদা থুদোং হেন্না চাহন্নবা ঈশৈ থুদিংগী য়েংগদবা পুংলোন ত ল, লয় মাত্রা ছন্দগা লোয়ননা হাপচরি। লাইরিক অসি হৈবদা জবাহারলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী ওঝা মরামনা নৈনবীবদা য়াওবিথি। মসিগীদমক ওঝাশিংগী মফমদা কৃতজ্ঞতা ফোংদোকচরি।

# কুঞ্জরাস

কুঞ্জরাস অসি শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা, মেরা রাখিনবা অশ্বিন পুর্ণিমাদ শ্রীগোবিন্দজিদা রাস অসি মণিপুরীয়, কীর্ত্তনগী মশক্তা ওন্থোকতুনা রাস লিগা অসি শ্রীগোবিন্দজিদা কৎলি। কীর্ত্তন ওইনা কৎপদি কলিযুগকী ধর্ম্মদি সঙ্কীর্ত্তননি। শ্রীভাগবত একাদস স্কন্ধদা যুগধর্ম্ম প্রকারনদা হায়।

নানা তন্ত্রবিধা নেন কলাবতি তথ শৃনু
কৃষ্ণ বর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গো পঙ্গো স্ত্রপর্ষদম্
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রার্যৈর্ষ জন্তি হি সুমেধস শ্রীভাগবতং

(১১ | ৫ | ২৮—২৯) কুঞ্জরাস কৌব মরমদি কুঞ্জ মঙ্গুংদা শানবদগী কুঞ্জরাস কৌবনি। মহারাসনচিংবা রাসদি যমুনা পুলিন মঙ্গুদ শানবনি অস্মুমনা শ্রীভাগবতনা মতাং থুদিংদা ফোংদোকলকনি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা বিশ্বনাথ চক্র বর্ত্তিগী সারর্থ সন্দর্শীনী টিকাদা অশ্বিন পুর্ণিমাদা রাস শাৈম্ন হায়বা মত অঙুম্বু মহরাজনা সম্মান তৌদুনা রাখিনবা অশ্বিন পুর্ণিমাদস্থ শ্রীগোবিন্দজিদা কুঞ্জরান অসি কৎখি।

এবং শশাঙ্কাংশুবিরা জিতা নিশাঃ স সত্য কামোহ মুরতা বলাগনঃ। সিষেব আত্মন্য বরুদ্ধ সৌরভঃ সর্ব্বা শরৎ কাব্যরিসা শ্রয়াঃ॥ শ্রীভগবতং (১০ | ৩৩ | ২৮) লোথংলিবা শ্রীমতভাগবতকী পদ্য অসিগী টীকাদ পরম মহানুব শ্রীসনাতন গোস্বামি পাদনা হায়রমই মহুদি। অন্যথা ঋত্বান্তর সম্ভব জেস্নী তাম স শ্চরহ স্তদ্ গৃহ প্রবেশ, তওদাত সারেন কুঞ্জ শয়না দিনা কদাবিভ্রসেন চেদি ভাবঃ। মস্তুম তৌহুনা কুঞ্জরাস অসি মহারাজনা মান পুরদ পুথোকলম্বনি॥

ঐনা পুথোকচরিবা কুঞ্জরাসগী বিবরন অসি পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন গবেষল। শিরমানি ন অনুবাদ তৌবা শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়দগী লৌজবনি॥০॥

মানপুরগা কৎলিবা রাস অসি থেম্নবা শ্রীগোবিন্দজিদা কৎপগ বিজয়গোবিন্দ অমসুং থুলক্ত কৎপগা থেম্নবা। স্না কোম্নুংদা শ্রীগোবিন্দদা কৎপা।

শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী অসি ভত্রচক্রদা লেংথোকলগা মুপা পালা না হোয়গা রাস হোই। বিজয়গোবিন্দদা কৎপ। রাসনা কৃষ্ণ সাবা থোরানি সাবী য়াওনা রাস কৎলে। মতৌ অম্ননা থেম্নবা লৈ।

# কুঞ্জ রাস

পুং য়েবা ওঝানা পুংগী রাগ মচানা হৌরগা অহুদগী সূত্র
ধার (ইশৈ শকপা) না রাগ হোগনি।

## রাগ পঞ্চম

শ্রীবৃন্দাবনগী গুনবু শকনরি
মুনি ঋষিনা।
পুষ্প লেপ্লবী বৃন্দাবন্দা চংজরি
ধ্রুব নারদনা।
রাধা শ্যামনা তত্তুনা শান্নরি
গোপীশিংগা লোইননা।

## ( কি মাধুরীগী সঞ্জ )

শ্রীবৃন্দাবনগী গুনবু কনানা থাহনা
লোয়গনি।
বৃন্দা দেবীনা অরেপ্পা লৈতনা
শেমজরিবনি।
লৈ-শু খিবিকপু থাজিল্লি মফম
চানা চানা
মালিকা মালতিনচিংবা লৈচন শুনা
শাংলি॥

# বৈষ্ণব বন্দনা

## ( বৈষ্ণব থূরুম্বা )

ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবকি চরন অনিদা থুরুমজারি

হয়া হয়া ।

বৈষ্ণবকি মহিমা গুনবু বেদ পুরান্নচিংবদা

হায়রি ।

বৈষ্ণবপু সেবা তৌজবা মী অদু যমরাজনা

মনাইশিংদা হায়থি ।

ঐশ্বোয়গী অধিকার লৈতে, থওউ চুতশা ।

বৈষ্ণবকী গুনবু কনানা শঙ্কুনা

লোঙগনি ॥

ননাইনা ওসি শ্রীরাধা গোবিন্দগী গুনবু

শকচ শোনজব অসিদ,

অশোয়বা অরানবা পুম্বা ওাকপিগনি

হায়না ননাইনা হয়া হয়া

বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা

থুরুমজৈ ॥

সূত্র ঃ—শ্রীগোবিন্দনা শরত ঋতু অশ্বিন পুর্ণিমাদা শ্রীরাধা-নচিংবিগোপীশিংগা লোইননা শান্নখিবা কুঞ্জ-রাস লিলাবু ওসি ননাইনা শকচ-শোনজবদা রস কাইবা অরাং-অপা চিথবা থিকিক

মেনশিনবিহুনা বৈষ্ণব পুম্বনা দোষ
পুম্বা ঙাকপিম্ন শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লিলানি
থনবিহুনা, বৈষ্ণব পুম্বনা পেনবিম্ন।

( শ্রীগোবিন্দনা সয্যাদগী লেংখৎলগা শিঙ্গার মন্দিরদা ( ফিশেংক্ষমদা ) লেংসন্দুনা রাসগী ফিজোন থোল্লগা অরোনবা লমবীদ সথীনা শঙ্কেট তৌরমবা কুঞ্জ পাংনা লেংথোকলকলে )

সূত্রঃ—

থাবলনা মপুং ফানা ঙাল্লবা,
মালিকা মালতি মনমনা শিল্লবা
লুংঙাইবা মতম অসিদা
রাস লিলা শান্নগে নিংহুনা
মন্দির মনুংদগী তপ্না তপ্না
লোননা বনগী লম্বীদা পাংলকলে
শ্রীকৃষ্ণনা॥

# কুঞ্জরাস



## শ্রীশ্রীকৃষ্ণ অভিসার

তানচপ মাত্রা ৮

( তবহি গমন করুগী সঙ্গ )

লেংলকলে কুঞ্জদা কৃষ্ণ পুকনিং হরাওনা,
গোপীগী পুকনিং হুবা মুরুলী পাইহনা ॥

তপনা তপনা চৎপনা শামুনা তমজরবা,
যুবতিশিংগী পুকনিং হুবনি ॥

নেমনা নেমনা শাৎলিবা লৈ থিবিক উরুরগা,
রাস শান্নকগে হায়না পুকনিংদা থল্লহনা ॥

মণি থাম্বা লৈতেংনা ইরং ইরং লংলিবা,
মালতি যুতিগী পরেং ওক্কো থোনবা ॥

খোংথাং থুদিং নোপুরনা রুনু ঝনু ওংলীবা,
খ্বাংগোদগী · কিংকিনীনা নীল্লি ॥

## কুঞ্জ রাস

অসুমনা লেংলকপনা থুংলরে কুঞ্জদা॥
চিনবান্দা মুরুলী থাঙ্গৎতুনা মিরবা খোম্থাংগী
স্বরনা খোংলী॥
(মুরুলী নাদ)

সূত্র ঃ— শঙ্কেট কুঞ্জ য়োরগা কৃষ্ণনা পঞ্চম
স্বরদা বাঁশী খোংলকপা।
ইবেম্মা রাধানচিংবী সখিনা তারদুনা
ইবেম্মদা হায়খি।

সখি উক্তিঃ— ইবেম্মা ভাবিরবরা প্রাণ নাথগী
বাঁশী খোংলকলে।
খ্বাংজেৎ নমথাং খোল্লসি লেংবা
মতম ওইরকলে।

রাধা উক্তি ঃ— গুরুজন পুম্বা তুমলবরা য়েংউ,
প্রাণ নাথদা কৎনবা লৈ পানা
পুম্বা পুজম্মো,
নোপুর মখোন হৌহন্দনা তপনা
চৎসি।

সূত্রঃ— মতম অফবদা ওইগি স্বরদা
মাধব মাধব শোল্লদুনা,
খোং তপ্পা তপ্পা থাংদুনা সখিশিংগা
লোইনদুনা বনগী লম্বীদা
লেংলকলে॥

# রাধা

( চন্দ্রবদনী ধনীগী সঞ্জ )

থাবু ঙমজবী রাধে লেংলকপে অভিসার।
অনৌ অনোবা রসগী তুংনক্কম ওইরিবী।
কর্পূর চন্দন্না নিংথিনা লৈতেংলী।
মালতি পরেংনা ওক্তা থোগনলিবী।
থানিলগী থাবম্নঃ বনস্তু নিংখিজরে।
কুণ্ডল কুশুম ফুগাইনা শাংকাইরকলে।
ওক্তা মোতি খুংতা খুজি থোন্দুনা।
ইবুংঙোগী প্রেমদা লুপচরবী রাধে।
নিকুঞ্জ য়োন্থনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজরে।
গোবিন্দ দাসগী নিংজবা থুংজরে॥

# কৃষ্ণ উক্তি

ব্রজবৃন্দা বনগী লৈতেং ওইবী ইবেম্মশীং
লাকপিয়ু।
কালেন মুংশা য়ামনা শাবা মৈচাকপু
থানা থোকপদা মৈশা পুম্বা কোকপগুম্না
ঐগী থম্মোইদা চাকলম্বা কোকচরে।
ঐনা করি লম্মন খুমগনী॥

**গোপী উক্তি ঃ—**

ইবুংঙো, ইবুংঙোগী শ্রীমুখদগী
অমৃতবু হেনবা য়াথং তাজবদা
ননাই ঐখোইগী চাকলম্বা মৈচাক পুম্বা
কোকচরে।
শ্রীচরণ সেবাবু পামজবীনি
ননাই ঐখোইনা নিংজবা থুংহনবীয় ।।

সূত্র ঃ— শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা কুঞ্জ মন্নুংদা
সনাগী সিংহাশোনদা লেংশিন্দুনা ফমথ্রবদা
বৃন্দা সখিনচিংবনা লৈ পরেং
পাননচিংবঃ কৎলহুনা সেবা তৌজখি ।।
গোপীশিংনা ইবেম্মা ইবুংঙোগী
রূপ থাগৎচবা। যথারাগ ।
কুঞ্জ বন অসিদা থম্বাল অশংবগা
সনাগী থম্বাল অনিনা ফজনা শাৎলে
য়েংউ ইতা-শা।
গোপী ঐখোইনা করম্বা পুণ্য তৌজরকতুনা
উজরিবনো, ঐখোইগী মিৎ অসি মহৈ য়াল্লে।
অহুবু বিধিনা মিৎ অনিদা পানাবিরম্মী
অমুকম্ব মিৎকুপ অমুক পিবিরম্মী
ফৎতেদকো বিধাতা।

( শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিৎ খংবী বৃন্দাদেবীনা যন্ত্র পুথোকৃতুনা রাস মণ্ডপ সেম্-সাবা লোয়খরে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী খুৎতা পাইদুনা গোপীশিংগা লোইনদুনা গোপীসিংনা লেংথোকৃতুন। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা ময়াইদা লেংসন্থরে। )

## গোপী লেংথোকপা

**সুত্রগী ইশৈ ঃ**—গোপীবু থোঙানবিদুনা শ্রীগোবিন্দনা,

রাস হৌগে নিংলদুনা মণ্ডলী

শেমলকলে ॥

**গোপী রাগঃ**— 'কেদার',

**মপোপ ঃ**— তিন্তাল মচা মাত্রা ১৪

( শুশীতলগী সঞ্জ )

ইংলবা বৃন্দাবন্নি ফুংঙাইরবা কুঞ্জনি,

লবঙ্গ মাল্তি যুতি শাংলবা মফমনি

শ্রীরাধা গোবিন্দ অনি রাস লীলা শান্নরি,

তোল্লব ভাগ্যচন্দ্রনা নিতৌ আসা তৌজরি॥

## রাজমেন

মাত্রা ১৪

( মরকত মনি সঞ্জ )

ফজরবা মণি মরকত ওমৈ থরো

অশংবা কুচু।

চোইনা তারকপা ফজে শমজোইনা

খোইমুগুম্বা মচু।

মরোল অহুমবু শুদ্ধংদী।

কোক্তা রাহোং চূড়া মালতি পরেং

খোনবা

থবাক্তা কৌস্তভ মনি লাইরক্তা।

চন্দন বিন্দু,

গোপীশিংগী পুকনিং হুবা।

## তানচপ মাত্রা ৮

(রাস মণ্ডল মাঝেগী সঙ্গ

রাস মণ্ডলী য়াইদা শান্নরি লোইননা

গোপী মংপ মংপগা॥

হৈশিংবা কৃষ্ণনা জগোই শারিনে

খোংদা নোপুর খোল্লগা॥

ইবুংঙোগী খোংথাং তালদা লেত্তুনা

জগোয় শারি থেকনা নৌনা॥

খুদাংগি খুজিন্ন তগুপ তগুপলি

কুণ্ডলন্ন নিকনা হাইরি॥

মুরলী বীনা খোংলী য়ৈরি হৌনা

মৃদঙ্গ থৈ থৈ হায়রুনা,

থম্মোইদা হৌরকপা প্রেম অনিমকপু
রাই বসন্তনা পেঙ্গে ॥

## চালি

### মাত্রা ৮

( রমনী রমনগী সঙ্গ )

গোপীশিংগী পুকনিং হুবা
খোই খোইরবা মিংয়েংনি ।
সনাগী লিকলাংতনা
নোংথাংগুমনা ঙাল্লিনে ।
শ্রী অঙ্গদা মনি থম্বা
লৈতেংনা ঙাল্লিনে ।
নৌরবা শ্রীচরোন্দা মনি
নোপুরনা ঙাল্লিনে ।
রাই বসন্তনা পামজৈ
খুজিন তরাদা ঙাললিবা ॥

## সুর ভক্ত

### মাত্রা ১০

শায়রী কুঞ্জদা
শ্রীরাধা কৃষ্ণনা

জগোয় ইশৈগী
ইথক ইপোমদা ॥
শংবান্নবা পুংলবা
উশাদা তোংন্থনা,
রাহোং, চোংঙা, কোকিলশু
খোংলী মুংশীনা ॥
শকলিবা য়ৈরিবা
ইরোইনবা তালদা
গোবিন্দ দাসনা প্রেমগী
ইরা চেল্লে ॥

## ভঙ্গি শাগনি

### ভঙ্গি ইশৈ মাত্রা ১৪

( নাচত নাগরী নাগর সঙ্গেগী সঙ্গ )

জগোয় শারি কৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা,
জগোয় শারি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লোইনন্থনা।
মুংঙাইবগী মথৈ লৈতে, মুংঙাইনরি ॥
যন্ত্র ময়াম য়ৈরকলে তাল থারি থুবাক থুরি।
ইতাশা নিংথিজরে যমুনানা কোইরিবা বননি।
শান্নরিনে! ইতা-শা।

কৃষ্ণবণগী যুবরাজগা লোইননা জগোয় শারি,
শ্রীরাধানা। ইতা-শা॥

রাস মণ্ডলিগী ময়াইদা জগোয় শারি
রাধা শ্যামনা।

গোপীগী ময়াইদা ভানখোইরি শৃঙ্গার
রসরাজ মূর্ত্তিনা॥

থুৎকি খোংগী জগোয় শারি জগোয়
খোংলৈ লৈরকপদা বেনি চুড়া
য়েৎশিন্নরে॥

## ভঙ্গি

বেনীন চিংলকপদা মূহন চূড়া
চেপ্পা চেপ্পা থাংলে।

লৈনা লৈনা থেক্না থেক্না
শারকপদা॥

## মেনকুপ মাত্রা ৬

কিংকিনীনা ঙংনা ঙংনা কিনি হায়রি
কিংকিনীনা নিল্লি।

নোপুরম্ রুমু ঝমু ঝমুরু
ঝমুরু হায়না ঙংলী।

থরামিচাক ময়ামনা থাবৃ কোইবগুমনা
রাধা শ্যামবু গোপীশিংনা কোইরি॥

পুর্ণীমা থাজসে খোকপা ইকাইরে,
লোৎখরে অমুবা থাবু উবদা ॥
রাধা শ্যামগী জগোয় কনানা হেন্নি
হায়য়ু হায়য়ু ইতাশা ॥
অনৌবা নোংগী মরক্তা শান্নবী থানা,
কয়াদা কজরিবনো ॥
হায়নিংঙাই লৈতে ইঅশা শ্রীরাধা কৃষ্ণসে
ফজবা মানৈনে মানৈনে ॥
হায়বা ঙমলোই ঐদি ঙমজরোই,
অমবু অমনা করিগ্ন হেক্ননে ॥
অশংবা মণিবু ঙমজে পদ্মরাগ
মণিবু ঙমজে ॥
তোমান্দা সনাগী উরিনা
য়েৎপগুমলে ॥

অলঙ্কার :—বিমান্দ তোংত্রনা কুম্মৈ য়োবা
লাইশিংনা লৈগী নোংবু চুপ্লক্সি
ওম্মোক্সা নিংথিজরি ।
ওম্মোকনা নিংথিরে নিংথিরে ॥

## তানচপ মাত্রা ৮

গোপীগা লোইননা ইবেম্মা রাধানা
মুংঙাইরবী অহিংদা শান্নৈ ।

নিংথিরবী বৃন্দাবন্দা লৈরাং ময়াম শাংলী
রাস মণ্ডলগী ময়াইদা জুপ্পোয় শারি
নটরাজন ।।

## মেনকুপ মাত্রা ৬

চামরনা ইকাইথুনা লোৎথরে বন্দা
শ্যামগী নিংথিবা উবদা চেনথরে
লাপনা ।। .

নিংথিদা ফজেদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ সে ।
নিংথিরে ফজরে ঙাম্লোইরে কুঞ্জদা ।।

## তানচপ মাত্রা ৮

অনঙ্গ মঞ্জুরীনা শকাপ্নি জগোয় ইশৈ ।।
রাস লীলা হায়বসে রসনা তিল্লি ।।
থাগৎচরি থাগৎচরি নরহরি কম্বিনা ।।

ভঙ্গি লোইরে।

## কৃষ্ণ নর্ত্তক

### ব্রহ্ম তাল

মাত্রা—২৮

( নৃতম্ভি বিপিনেগী সঙ্গ )

শারি জগোয় শ্রীকৃষ্ণনা

সখিশিংনা কোইশিল্লগা

কনা কনা গুখীনা

জগোয় তালদা থোংথাং চানা,

মৃদঙ্গ মুরুজবু য়ৈরি।

রাগ রাগিনী মথক্তা

সখিশিংনা শকলি গুনবু।

য়ৈরি ব্রহ্মতাল ইন্দ্রতাল

একতাল প্রথম তালদা

য়ৈরকলে থেন থেন থেন

থেন থেন থেন জিন্নগর তা ॥

### বিষ্ণু তাল

মাত্রা—১৮

( যুবতি মনোহরগী সঙ্গ )

শ্রীরাধানচিংবী গোপী পুনমমকপু

প্রেম চাওখৎনবা শ্রীগোবিন্দনা,

কজবা খিবিক্তি তুংকম ওইবা কৃষ্ণনা,

খেকনা নৌনা চোংহনা শারি জগোয়।
মুমিং খুদিং অসুমনা শাম্নবা লীলাবু,
থম্মোইদা চেৎনা নিংজরি গোবিন্দ দাসনা ॥

## চালি যথারাগ

য়েংউনে ললিতা শ্রীকৃষ্ণগী জগোয়সে,
পান্দম নিংঙাই লৈতে কয়াদা নিংখিজরিবা,
য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা অয়াংপা লৈতেদা
পেঞ্জরে নোরোতোমনা ॥

## রাধা নর্ত্তক

( শুচন্দ্রবদনীগী সঞ্জ )

শ্রীরাস মণ্ডলী ময়াইদা রাধানা জগোয় শাই।
শ্রীগোবিন্দবু পেলহলি।
পুকনিং হুবী রাধে ঐগী বাঁশী চানবা শাও জগোয়
ওমলবদি বাঁশী পিগে।
জগোয় শাবা ওমত্রবদি ঐনা কাঞ্চলিকা লোগনি,
বৃন্দাবন্না সাক্ষী ওইনশি।

( বিনোদিনী রাধাগী সঞ্জ )

বিনোদিনী রাধানা শ্রীরাস মণ্ডলীদা,
য়েংউ সখি জগোয় শারি লৈনা লৈনা,
খোইরুম মোমোন নোকপনা,
কৃষ্ণগী পুকনিং শুম্বংলিবী ॥

## চালি

মাত্রা—৮

( চাঁদবদনী কামেরগী সঙ্গ )

কৃষ্ণগী পুকনিং থুংহনবী রাধে।
য়েংবা পেল্দরি শাবিখ্রো।
য়েংউ ইতা জুগ্রোয় অসে।
মরোল অমা লৈরি খংব্রা
বাঁশী লোগে নিংনা শারিবা
জগোয়নি॥

## আত্মা সমর্পন

( জয় জয় ব্রজনব যুবরাজগী সঙ্গ )

জয় জয় গোপী ঐখোইগী ইবুংঙো।
নখোং থম্বাল অনিদা
তোল্লবী ননাই ঐখোইনা লৈ খুজোক্কা
লোইননা থরাই কংচরি॥

## পুস্পাঞ্জলী

( এই পুস্পাঞ্জলীগী সঙ্গ )

লৈ খুজোকসিগা থরাই হকচাং অসি,
কংচরিনে অনিগী চরন্দা॥
মপোক মপোক খুদিং ফংজগে সেবা,
থাদোকপিন্নু ননাইনী॥

## প্রার্থনা

জয় ওইরে রাধা গোবিন্দনা ।।
ভাম্বোইবিরে রাধা কৃষ্ণ
নিকুঞ্জ মন্থংদা ।।
জগৎপু শুম্ফংপা থম্বোইবু শুম্ফংপী ।।

## আরতি

আরতি কৎচরি শ্রীরাধা গোবিন্দদা
শ্রীরূপ মঞ্জুরীনা খিনা লুপলবা
বর্তিনা ।
শ্রীচরণদা মরিরক য়েংঠৈজ,
থবাক্তা অনিরক য়েংঠৈজ ।
মাইথোং থম্বালদা অমুক
কোইনা য়েংঠৈজ । হকচাং অপুমবা ৭লক্ য়েংঠৈজ
শ্রীরাধাদা অম্নম তৌনা যেংঠৈজ,
চামোর থোগল তৌঠৈজ সখিশিংনা,
থাপনা ঠৈজত্তনা দরশন তৌজরি
তোল্লবা নরতমনা ।।০।।



# মহা রাস

পুংগী রাগ মচা হৌরগা
ইশৈ শকপিনা ( যথা রাগ )
মানা মানা হৌনিংবা
রাগ হৌবা য়াই।

## তুরি রাগ

### বৃন্দাবন বর্ণন

লাইবক ফবী শ্রীবৃন্দাবন
নংনা করি পুণ্য তোখিবনে।
লাইবক ফৈদা।।
মুনি ঋসিগী তুংনফম
ব্রহ্মা শিবগী চংনফম
রাধা কৃষ্ণগী শান্নফম ।।
অহিং ফুংথিল মতম পুম্বা
রাধা কৃষ্ণগী চরন ঋংজরি।।

### যথা রাগ

ইশৈ ঃ— পুকনিং হুরি বৃন্দাবন নিংথিজরে ।।
লৈগী লৈচন শুনা শাৎলে
করিগা পান্দমশিগে।।

বৃন্দাবনসে ইনৌ নৌরে
যাতি যুতি শাকাইরকলে ॥

## বৈষ্ণব বন্দনা

জীব পুম্বৰু চানবি হৈবা
শ্রীরাধা গোবিন্দনা মতম পুম্বা
হৃদিদা ( থমোইদা ) ভাম্হোইরিবা
তাইবং ইপাক লানবিরিবা
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর রস চুপ্পীরিবা
বৈষ্ণবকি খুয়াদা চংজরি
তোল্লবা ননাইনা ॥
মমাংথৈদা শানথ্রবা
শ্রীকৃষ্ণগী মহারাস লীলাগী
শরুক থর শকচ শোনজবা
তাল রাগ শৈশক শৈরেং
অকায়বা খিবিকপু য়েংবিদনা
হংস শ্রুতা ওইনা ভক্তশিংগী
থম্মোয়না চুপ্পিয়় রস অথোইবা ॥

সূত্র :— শ্রীশুকদেবনা হায়খি :—

ভগবানসু শরৎ ঋতু ওইরক্লুনা
মাল্লিকানচিংবা লৈ পুমনমকনা
শাংপা অহিং ময়াম উরক্লুনা

যোগ মায়াদা পুক্নিং চংহনা
নিংশবে রাস শান্নগে হায়না ॥

সূত্র ঃ— মতম কুইনা উনরুরবা চাম্নবীগী
মাইথোংদা তৈবিবগুমনা
খুনিংগী ভাঙ্গ্রাবা মচুনা
নোংপোক মাইকৈদা থোকলহনা
জীবশিংগী মৈচাক কোকহললি ॥

## শ্রীকৃষ্ণ অভিসার

( শ্রীকৃষ্ণ লেংথোকলকপা )
মেনু তানচপ মাত্রা -৮
( কুমুদকী সঙ্গ )

বনগী মাইকৈ তমহনা
শ্রীগোবিন্দনা লেংলি,
অরোনবা নাকোই য়েংনা
বনগী মন্নুংদা ॥

শ্রীরাধানচিংলবী গোপী পুম্বগা
রাস লিলা শান্নরুগে
থল্লহনা ॥

## পুংলোন জগোয়

বংশীবটকী লম্বীদা ময়াই কারবা,
শামুনা চংপা শাজং ওমজনা
লেংওকলে ॥

বংশীবট্টা য়োৎহনা বাঁশী মুংশীনা,
খোংলহনা গোপী পুখা
তোইনা কৌরকলে ॥

সূত্র :— বেনুগী খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিং
কৃষ্ণতবু ফংজনিংবনা ওাওরবা
মাগী মাগী থবক হন্দোক্লনা
শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়োথরে ॥

য়ুমগী অফা অপুন্না পুন্নবী
অতল লম্মনগী চৈরাক কিজবী
কনাগুম্বী গোপী অমদি
ইমুংদগী থোকপা ওমত্রহনা
শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল ফংজখরে ॥

সূত্রগী ইশৈ :—শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা
লাক্লনা থুংলরবি গোপীশিংবু
উরগা বা ওাংবা হৈবশিংগী
অথোইবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা

নুংশিরবা রাইহনা
ব্রজাঙপৌশিংদা হায়খি ॥

## শ্রীকৃষ্ণ উক্তি

লাইবক ফবগী ফাংগৌইবী ওইবিশা
লেংশিনবিরকউ।

ঐনা করি তৌবগ পেনবিগবা
ব্রজগী কনিগুম্বা অর অনা
তাবগী নুংঙাইতবা থোক্লেদনা ?
করি মরমশিংনা লেংবিরকপবু তাকপিন্
অতিং হায়রসিদি নামনদি ফৈক্ত হায়নবু
মহাক্তি অকিবগী মশকনি।
অকিবগী মশক ওইবা লিল, শা,
কৈকনচিংবনা থোক্লেনা
মতম অসিদা কোইনা চত্তুনা লৈ।
নুপীনা বন্দা লাকপা মতম নত্তে
নয়ুম নয়ুমদা হল্লো।
নুপী হায়বা অসিনা তৌগদবদি
মপুরোইববু সেবা তৌগদবনি,
মপুরোইবনা মরমচং কংত্রবস্তু,
মরাইবক শিবরস্তু মশা শোকবস্তু,

অনাবা ওইরবম্ব হুন্দোকফদে।
মাগী শরৈগ পাল্লিবী মেনা
অরোনবা হুপা থমলবদি শ্বর্গ ফংদে।
মিংচৎ থি অতোনবা ওই, মী পুমনমকনা
নিন্দা তৌনৈ হল্লো মুপীনা বন্দ
নৈবা চৌনদে।

সূত্র ঃ -শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিতত হায়
গোপীশিংন শ্রীকৃষ্ণন হাযখ অসি
তারগা য়ামনা ৱাখি।
নিংলকপা পুম্বা কাইরম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী
থৌজাল নত্তনা কোকলরোইদবা
চিন্তা তৌখি।

মাই লুকথত্তনা কায়নগনি হায়রবগী
অরাবনা মৈ ওইনা চাকলবী,
পুক্নিংগী মৈচাকনা চিনবান কংশল্লবী
গোপীশিংগী মিত্তগী শিন্থখিবা
পি ময়াম্বা মিত্তা তৈবা কাজলগী
অমুবনে, থবক্তা তৈবা কুমকুম চন্দনগী
অঙাংবনে মচু অনিনা মখোইগী
হকচাংদা লৈবা অত্তগী অৱাবগী
অকুম্বা অঠ পুবা ঙমদত্তনা

ইবেম্মশিংগী হকচাং অহ্ন কাইরগে
হায়গ্গনা লৈই অমা চিংবগম
থোকখরে, করিগুম্বা রা অমতা
ভাংথিদ্রে, খোংবীনা লৈপাক্তা।
চিংল চিংলহনা লৈথি।
মিংকী পী তারিবা অহ্ন তৈথোক্কনা
শাওতকনা গোপীশিংনা তনিক
তনিক্লা হায়জখি।

গোপী উক্তি ঃ—হে তৌওমদবা ইবুংঙো নহাকনা
অসুম চেংহুনা জীব হাংপা রাহৈ
অসি হায়বিকম থোক্কে, জীব
পুম্বনা নংবু পেন্নবগীদমক সেবা
তৌনারিবা আদিপুরুষ ভগবানমকনসু
মোক্ষ ফংনিংবা জীবব্ব অপাম্বা
থুংহন্দুনা পেলহন্দুনা পিবি,
মহুত্তমনা বিষয় পুম্বা থাদোক্কনা
নহাক্কী শ্রীচরন খুম্বাবু সেবা
তৌর্জারিবি ঐখোইবুসু ঐখোইনা
পামজবা অহ্ন পীহুনা ঐখোইবু
পেনবলবিয়ু হুন্দোকপিগন্ধ।

[ মতাং অসিদা গোপী উক্তি শ্লোক ৩১ দগী শ্লোক ৪১ কাওবা গোপী উক্তি শিজিন্নগনি ]

সূত্র ঃ-

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিতা
হায়খি ।
ব্রহ্মানচিংবা যোগেশ্বরশিংগী
মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো
মহাক্কী মহৌশানা মথন্তনা
সুংঙাইবনা থন্না লৈবা
ওইহনস্রু গোপীশিংগী হায়জবগী
অন্নাবা অহু উরগা লোক্লহনা
গোপীশিংবু থোজানগা
লোইননা শান্নখি ।

## গোপী লেংথোকলকপা

### চালী মাত্রা—৮

(গোপীর বিষম দশাগী সঙ্গ)

সূত্রগী ইশৈ ঃ—গোপীগী অন্নাবা পুক্লীং
শ্রীকৃষ্ণনা উহনা, রাস
হৌরবদা থৈগ্যচন্দ্রনা
সুংঙাইজরে ॥

### গোপী রাগ

কেদার

# জগোয় মপোপ

## তিন্তাল মচা মাত্রা ১৪

রাগ কেদার (শরদ পূর্ণামাগী সঙ্গ)

শরদকি পূর্ণীমা ইংনা লুবা অহিং,
ওাল্লকলে নিংথিনা বন পুষ্বা ॥
মাল্লিকা মালতি লৈ থিবিকনা শাংলি,
খোইমূগী মপৈশু পাইরি ॥
মলয়া সুংশিংনা হৈনম লৈনম য়েল্লি,
নিংথহল্লে বন পুষ্বা ॥
বনগী কজবা উবদা মীপুম্বনা পাম্মি,
মাধবনা খোইনা পেলি ॥

## মেন

## মাত্রা—১৪

(নাচেরে নাগরগী সঙ্গ)

জগোয় শারী শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী ময়াইদা।
কাংলুপ কাংলুপ থাইহুনা নিংথিবি গোপীশিং ॥
খোই-খোইবা চিনবাল্লা মোমোন মোমোন নোক্লহুনা,
চিংনা চিংনা য়েংহুনা নিংলিবা কোংদোকলী ॥
খেনতা তা খেনতা তা গোপীশিংনা হৈরি,
কৃষ্ণগী নোপুরনা কিঙ্কীনী হায়রি ॥

## তানচপ

মাত্রা—৮

( নৃত্তি সহ রাধিকাগী সঙ্গ )

শারকলে জগোয় শ্রীকৃষ্ণ,
রাধিকাগা লোইননা,
শ্রীরাস মণ্ডলী য়াইদা ।।

জগোয়গী শাথেকক।
তিনলবা মুংশীবা গুর,
করিগবু পান্দমলশিগে ।।

থৌরানমিচাককি মপু
থানা উজবদা,
ইকাইহনা লোৎলি।
থানা ইকাইহনা লোৎলি ।।

## চালী

মাত্রা—৮

( কিয়ে মাধুরিগী সঙ্গ )

ইভা য়েংউনে ইবুংতোগী পুক্লিং হুরবা রূপসে,
য়েংউনে ।।

শ্যামগী কোক্তা চুড়ানা চেপলি
কজবা উবদা ঐখোইগী পুক্লিং হুখরে ।।
মুপীগী থম্ম মাংহনবনি,

পুক্লিং হবা চুড়া খোনবা ॥
পাঙ্গল শোনবী মুপীশিংগী,
পুক্লিং হকচাং হবিথরে ॥
অসিগুম্বা রূপ নিংখিবা,
মরোল অহুমমক্ত লৈতেনে ॥

পাঙ্গল শোনবী ... ... ... ... ।

## ভঙ্গি শাগনি

### ভঙ্গি ইশৈ মাত্র—১৪

( নাচত নাগরী নারগ সঙ্গেগী সঙ্গ )

জগোয় শারি কৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগ।।
জগোয় শারি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লোইনম্বনা ।
মুংঙাইবগী মথৈ লৈতে, মুংঙাইনরি ॥
যন্ত্র ময়াম য়ৈরকপে ভাল থারি খুবাক খুরি ।
ইতাশা নিংখিজরে যমুনানা কোইরিবা বননি ।
শামরিনে ! ইতা-শা ।
কুঞ্জবনগী যুবরাজগা লোইননা জগোয় শারি,
শ্রীরাধানা । ইতা-শা ॥
রাস মণ্ডলিগী ময়াইদা জগোয় শারি
রাধা শ্যামনা ।
গোপীগী ময়াইদা ঙানথোইরি শৃঙ্গার
রসরাজ মুর্তিনা ॥

খুৎকি খোংগী জগোয় শারি জগোয়
খোংদৈল দৈরকপদা বেনি চূড়া
য়েৎশিররে।

## ভাঙ্গ

বেনীনা চিংলকপদা মুহন চূড়া
চেপ্না চেপ্না থাংলে।
দৈনা দৈনা খেক্লা খেক্লা
শারকপদা।।

## মেনকুপ মাত্রা—৬

কিংকিনীনা ঙংনা ঙংনা কিনী হায়রি
কিংকিনীনা নিঙ্লি।
নোপুরস্থ রুণু ঝুনু ঝুনুরু
ঝুনুরু হায়না ঙংলী।
থরানমিচাক ময়ামনা থাবু কোইবগুমনা
রাধাশ্যামবু গোপীশিংনা কোইরি।।
পুর্ণীমা থাজসে খোকপা ইকাইরে
লোৎখরে অমুবা থাবু উবদা।।
রাধা শ্যামগী জগোয় কনানা হেল্লি
হায়য়ু হায়য়ু ইভাশা।।
অনৌবা নোংগী মরক্তা শান্নরী থানা,
কয়াদা কঙ্করিবনো।।

হায়নিংঙাই লৈতে ইতাশা শ্রীরাধা কৃষ্ণসে কজবা
মানৈনে মানৈনে ॥

হায়বা ঙমলোই ঐদি ঙমজরোই;
অমবু অমনা করিসু হেন্দেনে ॥

অশংবা মনিবু ঙমজৈ পদ্মরাগ
মনিবু ঙমজৈ,
তোমান্দা সনাগী উরিনা য়েৎপঙমলে ॥

অলঙ্কারঃ— বিমান্দ তোংহুনা কুইম্ম য়েংবা লাইশিংনা লৈগী নোংবু
চুথহল্লি, ওস্তোক্না নিংখিজরি ।
ওস্তোকনা নিংখিরে নিংখিরে ॥

## তানচপ

মাত্রা—৮

গোপীগা লোইননা ইবেম্মা রাধানা থুংঙাইরবী
অহিংদা শাম্নৈ ॥
নিংথিরবী বৃন্দাবন্দা লৈরাং ময়াম শাংলী ।
রাস মণ্ডলগী ময়াইদা জগোয় শারি নটরাজনা ॥

## মেনকুপ

মাত্র—৬

চামরনা ইক্াইহুনা লোংখয়ে বন্দা শমগী নিংথিব
উবদা চেনখয়ে লাপনা ॥

নিংথিদা ফজৈদা শ্রীশ্রীগোবিন্দসে ।
নিংখিরে ফজরে শান্তোইরে বুঙ্গদা ॥

ভানচপ

মাত্রা—৮

অনঙ্গ মঞ্জুরীনা শক্তি জগোয় চৈশে ॥
রাস লীলা হায়বসে রসনা তিন্নি ॥
থাগৎচরি থাগৎচরি নরহরি কবিনা ॥
ভঙ্গি লোইরে ।

## কৃষ্ণ নর্ত্তক

রুদ্র তাল মাত্রা—২৮

( নৃততি তাণ্ডবগী সঙ্গ )

গোপীগী মরাইদা তালগী মথক্তা
লৈনা চোংনা জগোয় শারি ॥
আনঙ্গবু ঙমজনা নিংথিবনা তিনবা
গোপীশিংগী পুক্নিং শুজ্বংলি ॥

মেনকুপ মাত্রা—৬

( প্রানের সজনীগী সঙ্গ )

শ্রীরাস মণ্ডলগী মরাইদা তালগী ইপোমগা
লোইনন',
শ্রীগোবিন্দনা জগোয় শারি ॥

ললিতানা বিনা খোংলি, বিশাখানা পুং য়ৈরি,
রঙ্গদেবীনা তুম্বুরা খোংলি,
সুদেবীনা মণ্ডিলা থারি ॥
চিত্রানচিংলবী সখিশিং শ্রীগোবিন্দগী
নিংথিবা কজবা থাহনা
ইশৈ শকলি ॥
চিত্রানচিংলবী ... ... ...

## চালি মাত্রা – ৮

ইন্দ্রনীলমনীবু ভমজবা কুচুদা
খ্বাংচেৎ সনা ফিগেনা
নোংথাংগুমনা নিংথিরে ॥
মনি পরেংগী ময়াইদা
কৌস্তুভ মনিনা,
শ্রীগোবিন্দগী থবাক্তা
পুরনিমাবু হেন্না তারে ॥
ব্রজ যুবতিশিংগী ধর্ম্মবু মাংহনগে,
শেমলকপরা বিধাতানা ॥

## রাধা নর্ত্তক

মেন তানচপ মত্রা—৮

( নাচত রাধা বিধুমুখিগী সঙ্গ )
বিনোদিনা রাধা জগোয় শারি,

নোয়না থেঁকনা হাইনা কৃষ্ণগী পেন্নবা ॥

মুরুলী সুংশিন। খোংলি শ্রীকৃষ্ণনা,

জগৎপু ওন্দাৎপা ওরদা ॥

অথুবা খোংথাংদা শিৎতুনা চৎপদা,

নোপুর খোঞ্জেন্না নিংখিরে,

যন্ত্রগী খোনথোকনে পুংলোনগী পুংখোম্নে,

তিনশিন্দুনা ওম্মোকনা সুংশিবা

খোম্মোক ওইরে ॥

কৃষ্ণগী পেন্ননবা ॥

মণিগী কুণ্ডলনা নাপদা ওাল্লি,

তুংয়াম্বা বেনীনা হাইরি ॥

(শ্রীরাস মণ্ডল মাঝেগী সঞ্জ)

শ্রীরাস মণ্ডলগী ময়াইদা রাধানা

লৈতুনা জগোয় শারি ।

শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিং হুরি ইবেম্মগী

জগোয়গী পুংলোন

বিশাখানা রৈরি ॥

থাবু ওমজবী মীৎতা কজবী

শাথেক শাবান নিংখিন্নী,

থেকনা থেকনা কেনা

খোংগী জগোয় শাবদা

খোংদা খোনলীবা নোপুর
রুনু ঝনু ঙংলকলে,
লৈনা লৈনা শাবা
জগোয়গী তালদা,
খোংদা নোপুর
ঝন ঝন হায়না খৌগল্লি ॥
খোংথাং খুদিং নোপুরনা
রুনু ঝনু রুনু ঝনু হায়রি ।৷
ফিজোন অশংবা খোল্লীবী
কৃষ্ণগী পুকনিং শুস্কাংলী ।
জগৎপুন্ন শুস্কাংপী থেকনা
নৌনা শারিবী ॥

## পুংলোন জগোয়
### তাল চালি মাত্রা - ৮

( জয় রাধে শুবদনীগী সঙ্গ )

শরদকি থাগুমবী,
কৃষ্ণগী পুকনিং হংহনবী ।
শ্যামগী দমক্তা খল্লিবী,
নুমিৎ চুপা কাওত্রিবী ।
রসগী তুংকম ওইবী রাধে ॥
গোবিন্দ দাসনা থাগৎচরি ॥
রসগী ... ... ... ... ॥

## চারি তাল
## মাত্রা—১৪

( উপগীয়গী সগু)

শ্রীগোবিন্দগী নিংথিবা রূপ,
গোপী ময়ামনা শকই গুনবু,
লৈয়ান মণ্ডানা তিনবা পরেং,
খোন্দুনা বন্দা কোইনা লেংই ॥
মাইথোংনা থোইনা নিংথিরি,
থাংলকপা খোংথাংনা,
শামুনা চৎপবু গুমজবা
মোমোন নোকপা মীনোকনা,
গোপীগী পুকনিং গুজ্ঝৎলী,
করিগা পান্দম সিগে ॥
থাবু হেন্না গুমজবা মাইথোংনী
রস পুম্বগী মশক ওইবা মুর্ত্তিনী ॥
যোগেশ্বরশিংগী থরাই ওইবিচনা,
রাধাগী কায়বতা থনবিরিবা ॥
গোপী ময়াম্বু যমুনা মপান্দা,
মপুকনিং পেলহনলী
ইংলবা থরোগী লৈনমনা,
থম্মোই মৈচাক ইংহল্লি ॥

## চালী

মাত্রা—৮

( বহু প্রসারণী সঞ্চ )

পাম্বোম ভিংথোক্নবা খোঞ্জানবিবদা
অথোইবী রক্তি লৈরবা গোপীশিং
প্রেমগী ইথক হোৌরকলে।
হরাওনা ফুংঙাইনা শারমি,
ব্রজগী গোপীশিং
প্রেমদা ময়াই কাবন্দুনা,
শ্রীকৃষ্ণনা শারমি॥

সূত্র ঃ–

( এবং ভগবত্তগী সঞ্চ )

কৃষ্ণদগী শম্মান পুম্বা,
ফংলবী গোপীশিংনা,
ঐখোইদগী হেনবী কনা,
মালেম-সিদা লৈতে নিংলি,
গোপীশিংগী ময়াই কাবা
মরম চাদনা ওইনবা,
কোকহনবীগে হায়দুনা
মফম অহুমক্তদা সাংগ্রে

কৃষ্ণদগী ... ... ...... ॥

# কৃষ্ণ মাংথিবা

সূত্র ঃ— গোপীনা কৃষ্ণ থিবা ঃ—

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎতা হায়খি ঃ—

ইথং খংহোদনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখ্রবদা,
গোপী পুমনমকনা। শ্রীকৃষ্ণবু উত্রহ্না,
শামু অমোম ময়ামনা শরূপ পুববু উত্রগা
তোৌবগুমনা য়ামনা রাখি।
গোপীকা পুমনমক অহ্না শ্রীকৃষ্ণনা চৎলম্বা,
অনু-রাগগা লোইননা মোমোন নোকলম্বা,
ভুংশিনা য়েংলম্বা, পুক্লিং হনবা ওইবা রাঙাং,
বিহার পুমনমক অহুতা খনখিবদগী
হাকমনখিহ্না শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অহুতা
মখোইগী পুক্লিংনা খন্দুনতা লৈখিহ্না
মহুতদা চেৎ নপথরে,
অতোপপা করিগুম্বা অমত্তা খনখিদরে,
মাহ্না হকমনখিহ্না মশাস্থ
শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অহু গুাক্তা তৌখি।
গোপী পুমনমক অহু চায়বা শ্রীকৃষ্ণনা চৎপা,
নোকপা, য়েংবা রাঙাংবনচিংবনা
মখোইগী পুক্লিং, হকচাংদা চংলকই,
মথংদনা গোপীশিংনা চায়বগী

খোংচৎনচিংবদা চংখরে,
অহুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী,
অবলা ওইবী গোপীশিং অহুনা
শ্রীকৃষ্ণগুমনা শান্নবনচিংবা অহু
তৌরহুনা ঐ কৃষ্ণনি, ঐ কৃষ্ণনি
অশুমনা মহৈ-মহৈ হায়নখি ॥
মাহুগী মথংদা গোপীশিংনা
মহৈ-মহৈ পুল্লপনা তিন্নরে,
অহুগা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু খারহুনা
খোঞ্জেল রাংনা হৈশৈ শকখি,
বন অমদগী বন অমা তান্না
কোইনা কোইনা চৎহুনা
শ্রীকৃষ্ণবু থিখি, উ পুমনমক্তা
আতিয়াগুম্না মসুংদসু মপান্দসু লৈবা
শ্রীকৃষ্ণবু গোপীশিংনঃ হংখি ॥

গোপী লোলঃ— হে সনা খোংনাং ! হে বট !
নখোইনা করিগুম্বা প্রেমগা
লোইনবা মীনোক, মীংয়েংনা
মরম ওইহুনা ঐখোইগী পুক্লং
হুহুনা নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা
হুহুনা চৎখরে, নখোইনা
করিগুম্বা উহৌবরা ?

হে বোকুল ! হে অশোক !
হে চম্পক লৈহাও !
নখোইদি সতীন হায়ব্রনা নাপন
তৌবী মুপীশিংগী নাপন
মাংহনবা মীনোক নোকপা
রামগী মনাও শ্রীকৃষ্ণনা
চংখিবা উহৌবরা ?
হে তুলশী ! হে মঙ্গল ওইবী !
হে গোবিন্দ চরনগী চাব্রবী ।
খোইমু ময়ামগা লোইননা
নংবু পুবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উবরা ?
হে মালতী ! হে মাল্লিকে !
হে যাতি ! হে যুতিকে !
শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী শ্রীহস্তনা
নখোইবু শোকপিহনা
হুংগাইহন্দুনা লেংখিবা
শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উহৌবরা ?
হে মঙ্গল ওইবী তুলশী
শ্রীকৃষ্ণগী লৈকম তাকপিয়ু।
হে পৃথিবী ! হে শক্তি অমোম
নখোইনা শ্রীকৃষ্ণনা লেংখিবা
মকম থংহৌবরা তাকপিয়ুগবা ?

{ কনাগুম্বী গোপীশিংনা গোপী
{ ময়ামদা হায়রকই !

ইতাশা। উপাম্বীশিং অসিদা
শ্রীকৃষ্ণ উবরা হায়না হংউ !
মথোই অসিনা মাথোইগী
মপুরোইবা উপানগী
পাম্বোম ওইবা মশাদা
চেৎনা কোন্দুনা মতু চুংনা
খাংলিবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী
খুজিম্না শোকলম্বগী মতু
চুংহৌবা ওইগনি !

সূত্র :— অসুম তৌহুনা অঙাওবনা
ঙাংবগুম ঙাংলহুনা
শ্রীকৃষ্ণবু থিবা মক্তনা
রাজরবী গোপীশিংনা
শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নিংবনা
মশা অহু লৈবা কাওথ্রহুনা
মথোইবু কৃষ্ণনি হায়না নিংথরে।
অহুদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা
তৌবা অহুগুম্বা লীলাবু
শ্রীকৃষ্ণনা তৌবগুমনা
গোপীশিংনা তৌখি।

( মচ মেনেগী মঙ্গ )

# রাধা কৃষ্ণ লেংথোকলকপা

সূত্রগী ইশৈঃ— গোপী পুম্বা থাদোক্তনা
কৃষ্ণনা ঐতবু পুরি,
ঐনা গোপী পুম্বদগী
মহেক্লে হায়না নিংঙনা
বনগী মন্থং য়োরকপদা
রাইনা কৃষ্ণদা হায়জরকলে ॥

রাধা উক্তি ঃ—ইবুংঙো ঐ চৎপা ঙমদরে
নঙাকনা চৎনিংবা মফমদা
ঐবু পুবিয়ু।

কৃষ্ণ উক্তি ঃ—লাও ইবেম্মা ঐগী লেংবান্দা
তোংলো লাও।

সূত্র ঃ— কৃষ্ণনা রাইহ অসি হায়রমলগা
মাংখরে। রাধানা কৃষ্ণবু
য়েংলকপদা লৈরমগ্রহুনা
কোইনা কোইনা লৈনা লৈনা
য়েংজরকপদা উগ্রহুনা
কপলহুনা হায়জরকই

রাধা উক্তি ঃ—হা ইবুংঙো ঐগী থরাইগী

মপু ওইবা ভোজনী নমাইমু
শুকলবা বন অসিদা হন্দোকপিগনু
ইকুচৌগি নাক্তা খূদা
লৌশিনথিরু।

সূত্র :— শ্রীকৃষ্ণবু কোইনা থিরিবী
গোপী ময়ামনা চাম্মোইবা
শ্রীকৃষ্ণগা কাইনখ্রনা মাখ্রবী
রাধাবু উরে।
গোপীশিংনা চংজনা
কপলগনা হুমাইনচিংবা হুরগনা
রাম্ভগনা লৈরিবী রাধাবু
শেবা তৌজরে।
অহুদগী রাধানা জ্ঞান তারকলবদা
গোপীশিংনা রাধাদা হায়জরকই।

গোপী উক্তি :—হে ইরেম্মা চাম্মোইরবী
নহাকনা করি করম
তৌরকহনা কংলিবা দশানো
হায়রু ?

রাধা উক্তি :—ইতা চাম্নবিশা ঐনা ইতা
ময়ামগা কাইনরকবা মতি
ঐদি অপংবীনিনা কম্নিমতা থমরে।

শ্রীকৃষ্ণগী অনানবু কংদুই।
অসুমনা থিনা তৌরবু কংথিবনিমি।

সখি উক্তি :—হে ইবেম্মা চানখোইবী
নংগী সৌভাগ্য কংবদা
মতিক চপ্ চাই।
অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী তৌরমদবা
অসি ওহ্নোকনা অমাবগী মশকনি।

সূত্র:— অদুদগী মতুংদা থাবলনা
ওাল্লিবা মথৈ শ্রীরাধাগা লোইননা
গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী।
অদুদগী থাবলগী নওান কংত্রবা
বনগী অমম্বা মকম
থাদোকলমলগা গোপীশিংগা
লোইনহুনা যমুনা মপান্দা
শ্রীকৃষ্ণগী গুনবু তেংথাজরকই।

গোপী উক্তি :—হে ইবুংঙো চায়খোইবা
ইবুংঙো নথাকনা পোকপিব
অসিনত্তনা মরম ওইহনা
ব্রজ বৃন্দাবন অসিনা পুক্নমতগী
হৌথেন হেনবা ওইরি।

ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা নহাক্কী
ননাই ওইবী গোপী ঐখোইদি
নহাকপু শেবা তৌহুনা
নহাকপু সু'ঙাইহনবিংহুনা
নহাক্কীদমক্তনি হায়হুনা
লৈজবী ঐখোইনা নহাক্কা
কাইনবদগী থরাই অ'স
মপাল থোকপিগদৌরবা
অসিবু কাহুনা য়ামনা রানা লৈজরি
অহুনা ইবু'ঙো নংবু মাইকৈ পুমনমক্তা
কোইনা থিজরি। মরম অসিদগী
ইবুংঙো নহাক্কা য়েংবিয়ু।
ঐখোইনা ইবু'ঙো নহাকপু উজগে।

সরত ঋতুদা নিংথিবা পুথ্রীদা
ফজনা শাংলবা থম্বালগী
মবুক মমুংবু হেন্না ফজবা
নহাক্কী মিৎনা মরম ওইহুনা
মমল পিদবা লেমনা ননাই ওইবী
গোপী ঐখোইবু নহাকনা হাংলে
মসিদা করি ঐখোইবু হাংতবা হায়গদগে
থুংলাইনা হাংপতবু হাংপা কৌবরা ?

ননাই ঐখোই পুমনমপু চানবিহনা
সুংঙাইহনবিরগা বন অসুক শুকপদা
অহিংদা তোল্লবী মুপী ঐখোইবু
হন্দোকপীবা অসি তৌবিগনু।
হে ইবুংঙো নহাকী নৌরবা নখোং
খম্বাল অহুবু খবাক্তা হাপ্পদা
নাখিগনি হায়না কিহনা কাইদং কাইদং হাপচৈ।

অহুপুম্বা নখোং খম্বাল অহুনা বন
মপুংদা ইবুংঙো নহাকনা লেংলিবা অহু
মুংকুপ, হুমবৌনা মুহনা নারিগনি
হায়না শল্লু বদা হেন্না অমুক অরাবগী
মশক ওইরে। থূনা লেংলক্কুনা তোল্লবী
ননাই ঐখোইবু অমুক্কুং কনবিয়ু নত্রবদি—
মনাই ঐখোই পুমনমক যমুনাদা
চোংথহনা প্রান থারগনি।

সূত্র :— গোপীশিংনা অসুমনা মথল
মথা য়ামনা খোঞ্জেন রাংনা তেংথাহনা
কপলি। কপলিবা গোপী পুমনমকী
মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন মোমোন
নোকপনা শাৎকাইরবা থম্বালগী
মাইথোং মানবা শ্রীকৃষ্ণনা সনা ফিগে

থোন্দুনা সনা ফিগে অমা শুক্তা য়াল্লহনা বনমালা থোল্ল
হনা তাইবং পানবা পুমনমকপু শুমহৎপা কামদেববু
শুমহৎতুনা লেংথোকলকলে।
চাম্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকলে
হায়বা উত্থনা হুংঙাইবমক্তনা মীৎ
লাওনা পাংজরবী গোপী পুমনমকনা
থোং খুৎনচিংবা ইন্দ্রি পুমনমকনা প্রানবু
অমুক ফংবগুম্ন গোপী পুমনমকনা চপ
মান্ননা হৌগৎখি।

সূত্র :— কনাগুম্বী গোপী অমনা
হরাওনা মহাক্কী খুৎ অনিনা
খুজোক শারগা শ্রীকৃষ্ণগী
খুৎ লৌশনখি।
কনাগুম্বী গোপী অমনা
চন্দননা লৈভেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী
পাম্বোংবু মহাক্কী লেংবান্দা
হাপচখি।
কনাগুম্বী গোপী অমনা
খুৎনা খুজোক শারগা
শ্রীকৃষ্ণনা চারিন্না পানবু নিজখি।
কনাগুম্বী গোপী অমনা
শ্রীকৃষ্ণগী চরন পদ্মবু

লৌখৎতুনা মহাক্কী থবাক
অনিদা হাপচখি।

কনাগুম্বী গোপী অমনা
পিশুম খেক্তুনা প্রেমগী
অশাওবনা
খা চিক্তুনা মিংচিনা
কষ্ণদা তেজ ওইনা
থাত্থনা য়েংজখি।

অতোপ্পা গোপী অমনা
মীৎ অনিনা ইকুপ
কুপতনা শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংবু
য়েংনা য়েংনা পেনবা
লৈত্তনা য়েংজখি।

কনাগুম্বী শশি অমনা
মহাক্কী মিৎনা থোং
ওইত্থনা শ্রীকৃষ্ণবু হৃদিদা
থমলগা চেৎনা কোমজখি।
শ্রীকৃষ্ণবু কংজবদগী অরাবা
মৈচাক পুমনমক ব্রজ গোপীশিংনা
কোকচখরে।
অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী

পুমনমক পুন্থনা যমুনাগী
মপান্দা পুন্থনা হৈ-নম লৈ-নম
পুন্থনা মুংশিংনা শিংলিবা
মফমদা যমুনাগী মোল্লবা
লৈঙোইনা তিনবা যমুনা
মপান্দা কুমহুনা থোইদোকনা
নিংখিরবা মফমদা গোপীশিংগী
কুম কুম চন্দননা চুরবা ইন্নফিনা
মথোক্তগী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক
আশোন থাখি।
শ্রীকৃষ্ণনা গোপীনা থাবা
আশোন্দা ফমলে। গোপী
ময়ামনা শেবা তৌজরে।

গোপী উক্তি ঃ—হে কৃষ্ণ কনাগুম্বীশিংনা
মাবু নিংববু মানা নিংই,
কনাগুম্বনা মসিগী ওন্নথৈতেননা
মাবু নিংববু নিংদে,
মশিগী মরমদা
মশিনা থৈ ফংতে
হায়বা নিংবগী গুন

দোশবু ঐখোইদা য়ামনা
নিংথিনা তাকপিয়ু।

কৃষ্ণ উক্তি ঃ—হে সখিশা মাবু নিংববু নিংবদি
মখোইগী মহৈ মহৈ মশাগী
কান্নবা নিংবনি মাদুদি চান্নবা
নত্তে ধর্ম্মশু ওইদে।
মরম অদুদগী মা মাগী কান্নবা
তৌবা নৎতনা করি অমতা লৈতে।
হে থ্বাং চেংবি গোপীশা
মাবু নিংদববু নিংবদি মমা মপানা
মচাবু নিংবগুম্বনি মাদুদি
চান্নবনি মদুনা চান্নবতা নত্তনা
সু:শিবশু ওই মসিনা ধর্ম্মশু ওই।
কনাগুম্বশিংনা মাবু নিংববু নিংদে,
মখোই অদু মী মথল মরিনি।

১। আত্মারাম ব্রহ্মানন্দ ফংলবা
আত্মারামশিংনা তৌই।
২। নিংবা থুংলবা মী অমনা তৌই।
৩। তৌবিমন থ,দবা মীন তৌই।
৪। মাবু উপকার তৌবা মীদি
গুরুগুম্বান অ০বু হিংশা
চৌবা মী.০

হেঃ সখিশা ঐদি ঐবু নিংবশিংবু
ইতং তংতনা ঐবু নিংহনগে হায়রুনা
ঐনা মাবূ নিংদবা ওইনা লৈ ।
হেঃ চান্নবী সখিশা নখোইনা
ঐতবূ ফংগে হায়রুনা মীওইবা
লোক্কী চৎনবি থাদোকখরে,
বেদগী ধর্ম্মস্থ থাদোকখরে ।
নখোইগী যাতি কুল শুন্দোকলে ।
অসিগুম্বী নখোইনা নিংলিবা
শেবা অহুবু ঐনা তংতনা
তোহনগে হায়রুনা উহন্দনা
নখোইবু নিংহুনা লৈবনি ।
ঐবু তাং য়াওদনা নিংবি নখোইগী
লম্মন খুম্বা ঐনা ভমলরোই । খদংপা য়াদবা
অফা অপুন পুমনমক থাদোক্নুনা
ঐবু নিংবনি। মহুগী মহৈ
অহুনা গোপী নখোইনা তৌবগী
লম্মন খুম্বা ওইশস্থ ।

## দুইতাল

মাত্রা ১২

( জয় জয় কৃষ্ণগী সঙ্গ )

জয় ওইরে কৃষ্ণ জীবগী
কাইন মৈচাক কোকপীবা।
তাংলবা মণি ফংবগুমলে,
করমনা পুন্দুনা থমলশিগে॥

## গোপী লেংথোকপা

তানচপ মাত্রা ৮

( রাশো সবগী সঙ্গ )

গোপীশিংনা কোইশিন্দুনা
রাস লীলা হৌগংথরে॥
গোপী অনি-নিগী মরক্তা
শ্রীকৃষ্ণনা লেংশিনথরে॥
মাগী মাগী মনাকমক্তদা
শ্রীকৃষ্ণবু লৈরে নিংলে॥

# পুংলোন জগোয়

## রূপক মাত্রা ১২

( বলয়ানাগী সঙ্গ )

খুজি খোংজি মখোলনা
কিংকিনি হায়না ওংলি ।
রাস মণ্ডল ময়াইদা
শ্রীগোবিন্দনা ভাম্মোইরে ।
সনাগী লিকলাং মরক্তা
অশংবা মণিনা থাল্লি ।
শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা
মুংভাইনা রাস শামরি ॥

## তানচপ মাত্র ৮

( তাতি যুক্তগী সঙ্গ )

গোপীশিংনা কৃষ্ণগী হকচাংদা
চন্দন থৌগল তৌজখরে ।
যমুনাগী ঈশিংদা লেংখরক্লে,
গোপীগী নিংজবা থুংহনবিগে
হায়রম্বনা ।
শামু মপৈনা কোয়বগুম,
শ্রীকৃষ্ণবু কোয়শিনলকলে ॥

## পুংলোন জগোয়

### চালি মাত্রা ৮

( সৈলগী সহস্ত সঞ্জ )

যমুনগী কংলবা ঈশিং

শ্রীকৃষ্ণদা চাকরি ॥

থোংগন্ রর প্রেমগী লোয়নবা,

ঈশিংনা শ্রীঅঙ্গদা ॥

লাইরেং কুগী লাইন চায়থরক্লে

লেংগী মপৈ মপৈ ॥

শাম্নু অথোইবগুম

গোপী ময়া গা শ'মৃর ॥

## পুংলোন জগোয়

### চালি মাত্রা ৮

ব্রহ্মাগী অহিং চুপ্পা

শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবগা,

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসিংদা হায়খি,

নোংভানগদোরে

চংলো হায়না তাকপিহনা

গোপীশিং মঘুমদা

হনখ্রে ॥ ০ ॥

**মহারাস লোইরে।**

# বসন্ত রাস

মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দজিগী চরন্দা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র রাজর্ষি শকাব্দ ১৬৯৮ অসিদা রাসক্রীড়াবু মণিপুরী কীর্ত্তণ ওইনা ওনথোকতুনা রাস যাত্রা অসি শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কৎথি মহারাজনা কৎপা মতম অতু ঙাইদনা মহারাজশিংনন্তু হুজিক ফাওবা সোইদনা কৎলি। কুঞ্জারাস, মহারাস, মথক্তা হায়খরে বসন্ত রাসগী মরম হায়জরগে॥

বসন্ত রাস অসি রাজর্ষি জয়সিংহনা শজিবু পুর্ণিমাদা কৎথি। সুপা পালানা সঙ্কীর্ত্তণ হৌরগা অতুদগী র স হৌগনি। ওঝানা পুংগী রাগ মচা হৌরগা সুপী ইশৈ শকপীনা ইশৈ রাগ হৌরগা বর্ণন শকতুনা রাসগী নিয়ম কায়দনা বসন্ত ঋতুগী মতম্ ইশৈ শক্কনি। নিয়ম অসি কায়দনা ওঝা ইবুঙোসিংগা মহারাজ জয়সিংহগা ন তাননতুনা বেদ—শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা পুথোক পিরসি।

বৃন্দবোনগী ফজবা গুণবু হায়বা।

রাগ কানুরা

নিংথিজৈদা শ্রীবৃন্দাবোন অসে।
যাতি যূতি লৈ পুমবা মক ফন্না শাংলিবসে॥
পুকনিং হুনা ফজৈদকো বৃন্দাবোন।

চন্দ্রসেখরনা হায়জৈ বৃন্দাবোনগী গুণ।
অহিং মুংথিন্দ শানৈ রাধা শ্যামনা।

## বৈষ্ণব খুরুম্বা

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম রসবু চুপতুনা
অহিং মু·খিল লেনাবরিবা।
পুকচেল তপলবা বৈষ্ণবকি খুয়া
খাদা খুরমজ'র।

ননাই ঐদি তোল্লবা করিগ খঞ্জনপনি
শ্রীরাধা গোবিন্দগী লিলা গুণ শকচ-
শোঞ্জবনা মহেল্লে হায়বা
বৈষ্ণবকি মুখদগী (চিনদগী) ত'জত্রনা
তোল্লবা ঐনা ঙসি বসন্ত রাস
থোগলজবা অসিদা অশোচ
অরানবা পুম্বা ঙাকপিত্রনা শ্রীরাধা
গোবিন্দগী লিলানি, গুণ।ন হায়না
হ·স শ্রুতা ওইবিদুনা তাবিয়ু
ননাই তোল্লবনা হন্না হন্না বৈষ্ণবকী
চরন্দ খুরুমজৈ।

## বসন্ত রাস

সূত্রঃ— অহিং থেংলকলবদা শ্রীকৃষ্ণনা
শৈয্যাদগী লেংখৎলগ,
মিনি্ল তাদরবদা শিঙ্গার মণ্ডিরদা
লেংশিন্দুনা রাসতা থোনবা
ফিজল থোল্লগা শন্ন মোহিনী
বংশীকাবু হৌরদুনা লোন্না
মন্দিরদগী তপনা তপনা
লেংথোকলকলে ।।

## শ্রীকৃষ্ণ অভিসর

মপুং ফান ওল্লবা অহিংদা শ্রীকৃষ্ণনা বোনগী লমথীদা। লেংলকলে মুহোন বাঁশী পায়দুনা।

কোকতা থোল্লি মুংগন চূড়া বন-মালা পোল্লি ওক্‌লমদা। থাবু ওমুঙনা ফঙবা মাইথোং থাদ মণিন থাথবা কুন্দর নাইম্না নিংখিরে করিগা পান্দমসিগে।

য়ৌরকলে শঙ্কেত কুঞ্জ্ঃবান্দা।

শঙ্কেত কুঞ্জ্ঃবান্দা লে'সন্‌লকলে কুঞ্জ শ্রীকৃষ্ণনা। মাইকৈ তরাদা কোইনা এ'লক্ত কনাগু উদরে। শিব রামনা হায়জৈ লাকলনি ইবেম্মা শোয়দনা ।।০।

সূত্রঃ— শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা ইবেম্মা উদবদা
পুকনিং রাহুনা বাঁশী থোংলকই।

রাধা রাধা হায়না পঞ্চম স্বরদা।

সূত্র ঃ— ইবুংঙোগী বাঁশী খোঙ্গেন তাবদা

ইবেম্মনা হায়রকই সখিশিংদা।

রাধা উক্তি ঃ— ইতা চান্নবী প্রান নাথনা

খোংলকপে বাঁশী।

করি উপায় তৌশিগে

হায়য়ুনে ললিতা।

ঐগী পুক্নীং অসি ফাবা

ঙমদরে।

গুরুজনগী অকিবগী থৌরিনা

পুনখ্রবী রাধা ঐনি

মপোক অসি তোল্লিদা :

এনা নাপগী মিংবা খুংনা

শেবাবু ফংজবা ঙমদ্রেদকো

রাধা ঐন কবি পাপ

তৌথিবনো॥

ললিতা উক্তি ঃ— ইবেম্মা রাখিগনু ঐ অমুক্তা

য়েংজরগে,

গুরুজন তুমগ্রবরা

য়েংজরগে।

মী পুমনমক লোয়না

তুমগ্রে ইবেম্মা থাংজেৎ

নমথ্বাং খোনবিরো লেংশল্লসি

সুত্রাঃ— সখিশিংনা ইবেম্মবু ফিরোল
থোনবা হৌরে,।
রাসদা থোনবা মতিক চাবা,
থাংজেং নমথাং থোনবা লোইরদুনা মতম ভায়রি
গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা
পোৎ পায়দুনা ভায়বা উবদা
ইবেম্মানা ওইগী স্বরদা
মাধব মাধব শোন্দুনা
লে'থোকলকলে তপ্পা তপ্পা
নোপুর মথোল হৌহন্দনা।০।

## ( আয়ে আওল রায়গী সঙ্গ )

লাকলে শ্রীরাধা ইবেম্মা
সখিশি'না থোগলদুনা।।
মীনা খংখি উখিগনি
খন্দুনা তপনা তপনা
খোং থাংদুনা।।
থাবলনা ফবনে বোননা নিংথিজবনে,
হৈনম লৈনম্মা হুংশিবনে,
শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা হেম্না হেম্না
চাকলকলে ( ইথক হৌরকলে ) ।।

পূকনিংদদি কম্না চৎনিং অভোয়নদি
লুম্বনা কম্না চৎপদি ঙমজদ ॥

## মেনকুপ মাত্রা—৬

ইবেম্মগী অঙ্গ গন্ধ ফংবদা
থোইমু মপৈ পাওশল্লকপা
উবদা ।
মনাই অচানবী সখিনা
চামোরনা হুমহনা তাপ্তোকচরি।
থরানমিচাক্কী মরক্তা থানা
ঙাম্না থোকপগুম শ্রীরাধানা
সখিশিংগী ময়াইদা ঙাম্না
লেংলকলে।
সঙ্কেট কুঞ্জ য়ৌরকপদা
শ্রীগোবিন্দবু উক্তবদা
ইবেম্মনা মুংঙাহবা প্রেমগী
ইথক ইপোম হৌরকলে ॥

কৃষ্ণ উক্তি ঃ— লেংশিনবিরকউ লেংশিনবিরকউ
ঐগী থরাইদগী হেম্না মুংশিবিশা।
মুপী পুমবগী অথোইবা
লৈত্তেং ওইবী।
শ্রীবৃন্দা বোম্না ফজরে

বসন্ত ঋতুম্ব ওইরকলে।
হৈ লৈ পুম্বম্ব য়েন্সিং হল্লে।
পুকনিংম্ব ইনৌ নৌরে।
থাবম্নম্ব মপুং কানা ওাল্লে,
মুংওাইনা রাস শান্নসি।

গোপী উক্তি ঃ—শ্রীনন্দ মহারাজগী মচা ইবুংঙো
যসুদা রানিগী থব্রাই
ওইবা ব্রজ বৃন্দাবোনগী মপু
গোপী ঐথোঙগী থব্রাইগী
মপু চংজরী শ্রীচরন্দা
ননাই ঐথোইনা পামজবম্ব
তাকপিরিবা অতুতনি।

সূত্র ঃ— কুঞ্জ বোনগী মমুংদা সনাগী
সিংহাসন্দা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা
লেংলকপগী অবা পোংথাতুনা
য়েং ওই কাইদনা ফমলবদা
বৃন্দাবনচিংবি সখিশিংনা মাগী মাগী
সেবা তৌজখি।

সূত্র :— শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিং ফংলতুনা
বৃন্দা দেবীনা মাগী সখিশিংদা
য়াথং পিতুনা রাস শাম্নবগী
থৌরাং লোইখরে।

## তাল মেন ভুষনা

ললিতা বিশাখানা চিংহ্না শারি জগোয়।
লৈন লৈন নৌনা থেক্না পেক্না জগোয় শারি
রাধা শ্যামগা লোয়ননা।
যাতি মালিকা জুতি লৈপুমবা নিংখিনা
শাৎলি কোকিলস্থ খোংলি মুংশিনা ॥০॥

## তান্ চপ

ঋতু রাজ বসন্তগী অহিংদা থাবন্ন নিংথিনা
ভানবা বোন্দা। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্না
সখিসিংগা লোয়নন শারি জগোয়
কু শি মুংশিনা শক্লী হৈশে মুংভায়ন তাজৈ
বিদ্যা পাতিনা ॥০॥

## তাল চালি

এংউনে এংউনে হতা করয়বু থাংসিগেনে।
মুংশিনা এংলকৃপা মিংএংসে।
এংউরে হুথরে পুক্নীং এংদরে চাকলেনে থরাই।
প্রেমগী মৈনা চাক্লে চাক্লে করি উপায় ভোসগেনে॥

## তাল চালি অথুবা

অয়ুক্ ফজবসে করম্নাবু শেমখীবনো।
এংউ এংউবদা অরাৎপপু লৈতেনে।
বিধাতা ব্রহ্মানা চংখোম্না শেম্মীদকো।

## চারি তাল

কালিন্দি মনাক্তা মুংঙায়রবা বোন বোন্দা
শ্রীরাধা মাধোপা গোপীশিদা শান্নরি।
যাত্তি জুত্তি লৈশিংগী লৈনম তিনবা মুংশিংনা
তপ্প তপ্পা শিংলি। হৈনৌ পাম্বৈদা তোংতনা মুংশিন
কোকিলনা কুহু কুহু হায়না খোংলি ফজন।
খোইমুনা লৈন লৈন পাইরক্লে শাংলিবা লৈতম্না
ভংতুনা। থবলনম্ভ ভান্নব লৈনম্না শিল্লব
মকমদা শান্নরি॥০॥

'ভঙ্গী পরেংগী ইশৈদি কুঞ্জরাসতা য়াওখ্রিবা অতুনি।"

## ললিতাগী জগোয় যথা রাগ

তাবিয়ু ইবুঙো ননাংন হায়জব।
গোপী ঐখোয়না এংজগে মুংঙাইনা।
মঙোলি ময়াংদ শাবিয়ু জগোয়।
চোংনা ফজ্ন শাবদ চরন্দা খোল্লিবা,
নুপুরবু মখোন হোইন্‌বিগনু।
ভম্নবদি ইবেম্মা রাধাসে ইবুঙোদ কংচগে।
রাধদ নওনা গোপী ঐখোই পুম্বম্ভ ননাই ওইজগে।
ভমদরবদি ঐখোয়না চূড়া বাশী লৌজগে।
বৃন্দা বোন্না শাখি ওইনশি॥০॥

## শ্রীকৃষ্ণগী জগোয় যথা রাগ

### শ্রবন কুণ্ডলগী সঞ্জ

নিংথিন শারক্লে কৃষ্ণ চন্দ্রন গোপীনা নংবা থুংনুগে
হায়না বিশাখান পুংবু য়েরে জগোয় তান এ থুন
তানন্তু থারক্লে গোপী থরন যম মখামন্তু খোইক্লে
শ্যামগী জগোয় চান খাংদে।
সুর চান খোংলক্লে ॥০॥

## নাচত নাত্তিনীগী সঞ্জ

তা তাত্ত থিত্তা থেন্ থেন্ থন্তু হাধন য়োর যন্ত্রন্তু নিংথিন
খোলি জগোযগা চানন। গোপীশিং ময়াম্ন শক্লক্লে।
রাগ রাগীনী কৃষ্ণগী গুনব্ থ তন নু শিব সুবদ।
খোংনা থুন থাবদ নুপুরগী মখোন্ন শুমহংলে
গোপী পুমবা শ্রীকৃষ্ণগী জগোয়ন ॥০॥

## শ্রীকৃষ্ণগী পুংলোন জগোয়

### নৃতত্তি মধুর মৃদংহাসগী সঞ্জ

শারক্লে নিংথিন মামুন মাক্লা, গোপীগী পুক্লংবু
থুংননবা। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র জগোয শাবক্লে কজব
শাথেক্ থেক্লা। চোংলহুনা উক কু-কু-কু-কু লৈন লৈন
তানগ লোয়নন সারি। কজন জগোয় শারি
চরন্না থাংবেদ সনাগী নুপুর্ণে খোংগী শব্রিকনে

কিনী কিনী কিনী শরিাক মখোম্না ময়ংশীন ভডিঃ।
শ্যামগী নিংশিজব জগোয় উবদা পেল্লে গোপীসিং'।

## শ্যাম রূপগী শঞ্জ। তান চালি

নিংথিচৈদ্দকো নিংথিজৈ
শ্রীগোবিন্দগী জগোয়সে ।।
হাইয় হা য় ইতাশা
করিগবু পান্দমসিংগনে।
এগী থরাঙ মডাসে কংলগে শ্রীচরন্দা
কংচরিব থরাঙসে শ্রীচরন্দা লৈজগে ইবুংঙো।
ইশৈ অসি শকচরি তোল্লবা ভগ্যচন্দ্রনা

# রাধাগী জগোয়

## নচত্ত রাধা বিধুমুখিগী সঞ্জ ।।

শ্রীরাধা রানীন তপ্ন তপ্না
শরি নিখিজন শ্যামগী পেম্নবব
শ্রীগোবিন্দন তান চান খোংলি
কিনী কিনী মুপুবস্ত মুশীনা ভংলি।
নিংথিজব খিবিক্না তিল্লিদকো
খন্দোক নিঙভাই লৈতে জগোয় অসে ।।

## তাল অথুবা মেনকুপ যথা রাগ।

তানগচান খোংথাংলকপ থম্ব চাকপ্ত ভমজবী।
থেক্ল নৌন চৎলকপদ রাহোংনা জগোয় সাগুমবী।
কুণ্ডর নাইম গাইবদ নোংথাং কুপ্পবু ভমজবী।
বেনীন নঙ্গন্দা হায়বদা লিন অমুববু হেল্লিবী।
জগৎ'ক মুপি পুমবগি কোকৃথকপী মণি ওইরিবী।

## শ্রীরাধাগি পুংলোন জগোয় ।। শ্রীরাস মণ্ডপ মাঝেগী সঞ্জ

রাস মণ্ডপ ময়াইদ শারি শ্রীরাধান জগোয়।
শ্রীকৃষ্ণন তান থারি বিশাখান যৈ পুংলোন নিংথিন
থাবু ভমজবী যিত্তা ফজবী শাগেক্ল পুংকং হুরিবী।
নোংন নোইন চৎলি তানগি মগক্তা।
থুবাংগী শারক্ল ঝিং ঝিং হায়ন লাওচ।
লৈন থেক্লা জগোয় সাবদা নি থিরে।
খোংদ মুপুরম ঝন ঝন ভংনা নিংথিরে।
পুংলোন্‌ মতুং ইন্দুন লৈন লৈন সারি।
ফম্মা থেক্লা শারক্লে শ্যামগী পুক্লিং থুংনব।
কৃষ্ণদবু নিংজবি কৃষ্ণগীদমক্তা থঞ্জবী।
অরাববু থংদন সারি জগোয় নিংথিন ॥ ০ ॥

## অধর সুরঙ্গিনিগি সঞ্জ। তান চালি অতপ্প ।।

মাইথোংন থাবু হেলবী ফজব মপেন তিল্লিবী।

শ্রীরাধা রানীনা শ্যামবু মুত্তাইহনুনিংবী।
কৃষ্ণগীদমক্ত থনুজরিবিনি।
মতম পুমনমক নিংজবিনি অহিং মুংথিন ভত্তন।
কৃষ্ণগি পেম্নবা শারি জগোয় ॥ ০ ॥

## তান চালি অরৈবী ॥ বিল পারি বাদিনিগী সজ্ঞ।

থাগৎচরি শ্রীরাধে জগৎকি মমুংদ লৈতে।
রতি রসদ পুক্লিং চংবি রাধে শ্রীরাধে ফজৈ ফজৈ।
কৃষ্ণগী চরন্দ পুক্লিং হকচাং কৎচরিবি
শ্রীরাধাবু থাগংচব ইশিংস শক্চরি দামরবু নাথন ॥ ০ ॥

সুত্র:—

মতম খংবি বৃন্দন মাগি সথিসিংদ আবির পুরকুউ য়াম্না
অগর চন্দন আতর গুলাপজন্ মহিগা পীচকারিগা পুরকুউ

## সুখে রাধা শ্যামগী সুর

লে থোক্লে রাধা শ্যাম গোপী সিঙ্গা তিন্ন নিধু বন্দ।
ব্রজগোপীশিং ময়াম মিচং মিচং থাইনরগা চাইনরক্লে।
রাধা শ্যাম অনিন কন্ন চাইনৈ অবিরন পুমণ্ডা ঙানে
সক্ থংনদরে পুংঙাং ঙাংখ্রে।
শ্রীরাধান চাইরি আবির
মোমোন নোক্ল চাইরি শ্রীগোবিন্দদ ॥

## তাল মেনকুপ। রশিক নাগার কল্যাণী সুর

হৈশিংব কৃষ্ণন রাধাবু ফাগুন হয় হয় চাঙরে আবিব।
খুবাম্ থম্ পাইরগ শ্রীরাধাগি মাইথোংদ চাইরে কয়
থাংব ওমদরজ্ঞনা মাইদ কি কুপলগ থাঙরি
লেপ্নীথো ইবুঙো থাদোকৃপিয় আবির
সুপী অসে নুংবিবু রাগল্লগ মুংও ইবর
করিগীনে শ্রীরাধাবু অশুক মুংশিবিদবগে মাধব।
ইবুঙোদি কল্প সুপানিন
ঐথোইগি চয়েম্মাদ অসে নবী সুপী তোঙ্লবিনি

## তাল চালি অথুবা

শ্যামগি কত্তব পুক্চেন্ উবদ
গোপীসিংনা কোইসিন্দুনা চাইবক্লে আবির
থংলো থংলো হায়ন গোপী মযাম্
কয় চাইসল্লকলে কৃষ্ণগী মাইথোদ।
গোপী পুমবা অমত্ত ওইখিব উবদ
কৃষ্ণ চেনগে নিংবা পুক্নীংবু,
কৃষ্ণগি পুক্নীং থবি রাধান হংগীত তোঙ্গনা
ফারে গোপীনা

## তান চপ। কুথাজাও হে কালাগী সুর॥

করম্মা চেনগনি হাইযু রাধগী মাবইনি ঐ.থ য়

খাংদরা মাধব করিগি খংদে।
রাধাগি মমাংদা লেপ্লা ঙমলোই
গোরাশিগি য়ুমদা মাখোন হুবদ হৈবদনি
লানু কমদনি খল্লেহ্রাই
য় তিগি শলসেন্ বদো চৎলো বোন্দ শনুসেন্নু।
ঙসিদি লমন্ খুমগনি চেন্‌গনু
মাধব কারিগি চেনগে তৌরি
ইকাইদরা করিগি চেনগে তৌরি।
যমুনাদ ঐলোইগি কি ঙবদে:
অতুগ লমন্ ঙাশি খুমগনি।

## তাল চালি অথুবা শক সঙ্গানী সঞ্জ

গোপী পুন্নকনা চাংদকলে কৃষ্ণন ঙয় ওইরে ২
শ্রীরাধা রানিন কয় কম লাওনা চাংরে অবির রাম্না।
গোপীসিনা য়াম্ন কয় চাইবদ কৃষ্ণ খাংব ঙমদহন
কোইন কাইন চেম্না খাংহ।

## তান মেনকূপ অতপ্পা শুনো বোন্ধ, গোপিনি কান্তা সূর

তাবিয় ইবুঙো গোপীগি থরাই
রাধাগি মপু চেলাবরগু চেনবিরগু।
ইবুঙোগি অরাবব উবদ এংব ঙমদরে
ঐখোইন নিংথিনা সেবা তৌজগে লেংবিরম্ন

নিংব থুংনব সেবা তৌজগে।
ঙিঙিন তৈথোক্‌চৈ ইবেম্মন শ্রীকৃষ্ণবু
মতম থংবী সখিশিংন নিংথৌ চামোর
ভক্সন ভক্সন খোঁগনবু তৌজরি
পূক্নীং মুঙভাইন।

## তান চালি অতপ্পা

(সুখে বিহবঙ্গ মুংঙচাইন সাংরে শ্রীরাধা মাধবন ( নিংথিরবা বোন্দ )নিধু বনগী লৈসু পুমবা পুমনা চাংশরে।

## সুত্র গান যথারগ

কনাগুমনী সখিগী কাক্কলিকা শ্রীকৃষ্ণন শেংথোকচ গোপী অমদা সুবচমবন তৌই গোপী অমবু কোনুসন্দুন সানে চন্দ্রা বলিবু থুং পাইদ্বনা শ্রীকৃষ্ণন চিংথোক্‌লগ জগোয় সামিরে।

## সুত্র গান তান অনি

মাধব চন্দ্রবলি সারি জগোয় থেক্কা থেক্কা মোমোন নোক্কা নোক্কা। রাহোং লাবগী ভূন্দ রাহোং অমোম্না ইন্দুনা চৎপাগুম্না।

## সুত্র গান তান মেনকুপ্‌

তানগি মথক্তা নেংনা নেংনা
থাংলকপা খোংথাংনা নিংথজরে
থম্বাংচাক্‌ অনিনা চৎপগুম্ন
শ্যাম চন্দ্রা অনিগি খোংচৎনা

পুকনিং হুনা ফজরে।
যন্ত্র পূমবা সুর চানা খোংলে
ভানগী চান পুংসু য়ৈরি
গোপীনসু সুংশিনা ইশৈ শকই।
চন্দ্রবলিগ কৃষ্ণগ অনিগি জগোয়ন
গোপী ময়ামবু সুমৃতংলে।

## চন্দ্রাবলিগী ইশৈ

লৌবিয়ু ইবুঙেঙ' ননাইন কংচব
লৈপরেং অসি পোনজগে।
কার্দুন চিংবগ তপচব পান অসি হাবিয়ু।
তোলবি চন্দ্রাবলিবু
চেরোন সেবা ফংহনবিয়ু

শ্রীরাধাগী মাংদা গোপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণন অথুপ্প রসবু মপানু খোক্ন সানবা চন্দ্রাবলিগা লোইনা জগোয় সাব উবদ শ্রীকৃষ্ণন চন্দ্রাবলিদ তৌবা মতৌ পুমবা উংনা সাওহনা সখিশিংদ হায়রকই।

রাধা উক্তি ॥

এ'উ ললিতা বিশাখা
চন্দ্রবলিগ, জগোয় সাকিনুরগা
পাম্ন হনুবি লৈ পরেং হুকপি'র
উদর নংখোয় পাপ চেনুবা ঐগী মিংন
কয়া উররবন চংলাসি ঐ উজানংদে ॥

সুত্র ॥

শ্রীকৃষ্ণন গোপী পুম্নমক্তা ভেদা ভেদি খায়দন অমত্তা ওইন সাম্নব উবদা শ্রীরাধা রানিন শাওগুন' রাস সান ক্ষমদগি থাদোকৃতুনা ললিতা বিশাখাগ লোইনন লেংথরে। শ্রীকৃষ্ণন শ্রীরাধা লেংখিব উবদ রারহুন কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদ থিরকই ॥

কৃষ্ণ উক্তি ॥

অরাবনিদ করম তৌনি করি উপাই তৌশিবা
সানবগি ময়াইনা কাওখিহুনা ঐনা রাধাবু থওইরুদবে
থওইরুদরে সাওদন চৎখরে রাধানগুন ঐনা
করি তুচমাইনি রাধান ঐগী থরাইনি রাধা লৈতবা মফমদা
লৈহুনা করি কানগনি ॥০॥

সুত্র :—

শ্রীরাধাবু থিরকলি উ-নচিংবদা
হুংলকই, তেনরাদা হুংলকই কপলহুনা।
শ্রীকৃষ্ণনা কোইনা কোইনা চৎতুনা
থিবদা ফংদ্রহুনা তেংথাহুনা কপলকই ॥

কৃষ্ণ উক্তি :— ঐদি মাংলে মাংলে করি উপায় তৌসিবা।
ঐনা লানখবন শাওহনা চৎখরে।
হে উশা নখোইনা শ্রীরাধানা চৎখিবা উহৌবরা ?
হে তেনরঃ নখোয়না করিগুম্বা
শ্রীরাধানা চৎখিবা উবরনে ?
ঐগী থরাই ওইবী অচুন' ঐবু

হুনদোকপিঙ্গনা চৎশরেনে ।।

সুর ঃ— অশুম শ্রীকৃষ্ণনা কপলঙ্গনা লৈরিঙৈদা
সখি অ'ন লাকপা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা
সখি অনিঙদা নুংশিবা রাইনা হংকই ।।
প্রান শখিশা নখোয় নখোয়না
কদায়দাগি লাকপনো ?
ঐগী থরাই ওইনী নিংথৌগী মচানুপী
রাধা কদাইদা লৈগৌবগে ?
ঐগী থর'ই অসি কিকুপ অমতা
মারু উদবদা লৈব ড দরেনে।
কমুক্ত' নখোই অনিন ঐগী চাকলিবা
থরাই অসি কনবিযুনে।

সখি উক্তিঃ হে ইবুংঙে নহাক অ:স নুপী
পুম্বগী মপুনিনা, লমচৎ ফজ্জদবা
মপান থোক্লা তৌবা অত
ইবেম্মনা উঠনা য়ামনা শাওহনা
কুঞ্জ অসিদা লৈহৌই।

কৃষ্ণ উক্তিঃ– ঐনা হায়জরিব অসি তাবিয়ু
য়ামনা কিনা হায়জরকই
হায়বিগদবনি।
ঐ (কৃষ্ণ) অমুক হন্না অসিগুম্বা
তেজররোই। ঐনা রাশক্তুনা হায়রগে ॥

**সূত্র :—** সখিগা লোইনদুনা লেংলকলে।
শ্রীরাধানা লৈবা কুঞ্জদা ।
সখি অনিনা কুঞ্জ মতুংদা চংখি।
মপান্দ শ্রীকৃষ্ণনা সবিগী,
ইঙ্গিৎ য়েংদুনা লৈহোউ।

**সখি উক্তি :—** ইবেম্মা থমুক্তা ভাবিযু।

শ্রীকৃষ্ণদো যামনা রানা লৈহৌই।
ইবেম্মাগী নাম রাধা হংবা শোন্দুনা।
কপাল কপালদুনা লৈরৌই।
ইবেম্মাগা শ্রীকৃষ্ণগা মুংচাইন
লোমিন্নবদে এরোইনা হেন্ন
মুংভাইজবনি। থাদোকপযু অশাগুবা

**শ্রীরাধা উক্তি :—**

ইতাসা কৃষ্ণগি রা অক্ত হাইবিরক্ত।
নন্দগি মচা কৃষ্ণদো মি পুম্নমক্কী মপুনি।
এনা নিংজরুব অসি লাল্লে।
এনা নিংবনা এগি ইথুডেগানি
হায়ন নিংজবনি ওসিদ থ জরে।
কৃষ্ণগ রা হাইবিরম্ন
অরাবগি মথক্তা হেন্না রাননবনি॥

সূত্রঃ— সখিগি ইঙ্গং ফংগুনা শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা.
শ্রীরাধাগি মাংদ থুরু থুদক্ কুন্দুনা
সুংশিব রাহৈনা হায়জরি ॥

**শ্রীকৃষ্ণ উক্তিঃ—**

নিংথৌগী মচাইবেম্মা অমুক্তা ভাকপিয়ু।
ইবেম্মগি অসাওবা থাদোকপিয়ু।
ইবেম্মাগি চরন্দ ঐন নিজংর
ঐগা ফিগাও অসিদ
ইবেম্মগি অসাওবা অড় নিজরি।
ঐবু থিনা কৈবিয়ু ইবেম্মনা রামাংলকপন
ইবেম্মগি নিংথিবা য়াংতেনগি মডান্ন ঐগী অকিবগী
অমমবা তাস কোক্চংগে ॥

**শ্রীরাধা উক্তিঃ—**

ইবুঙেঙা লে থিরো ননাইসি ইবুঙেগনা য়াম্না সুংশিবিবসিং অদুনা ভাইরমলগান। ননাইসংগা নিংথ থুংনা শানবিরু সুডঙাইন

**কৃষ্ণ উক্তিঃ—**

ইবেম্মা ওন্দকমুক্তদি ভাক্পিয়ু
ঐ মতুংদা থক্ তোঙ্গররোই।
ইবেম্মাগ মাংদ রাসক্তনা হাইজরিবনি
বৃন্দবন্না সাক্ষি ওইসনু।
ঐবু তানথোক্পিগনু
ঐবু মতিক্ চাবা দণ্ড তৌবিয়ু

ইবেম্মগী অসাওবা মিংথেংনা তেন ওইদুনা থাবিয়ু
ইবেম্মগী পাম্বোম অনিনা
অকনবা থোরি ওইদুনা ঐবু পুনবিয়ু।
অদুনসু পেন্দ্রগা ইবেম্মগি য়ানসু চিক্পিয়ু।

**শ্রীরাধা উক্তি ঃ—**

হে যমগী মচন যমুনা নভোন্দ চজরি
তোলবি রাধা এনা মিগি নিংথাবু থুগাইবা
মক্কম থুদিংদ মিগি মকাদ য়েংপ
ব্রজ বৃন্দাবন অসিদ
রাথোক্ চাওবি ওইবা
রাধা ঐগী থরাই অসি লৌবিয়ু
নভোন্দ চোংথরগা শিজরগে ॥

**শ্রীকৃষ্ণ উক্তি ঃ—**

মাংলে মাংলে ইবেম্ম ঐন থুরুজরি
অমুক্তদি ভাকপীয়ু
নংগি চরন অনিদুনা ঐগী কোক্তা
অমুক্ত হাপপীয়ু।
ঐনা থুরমুজবা অসি অমুক্তাদ লৌবিয়ু ॥০॥

**সখি উক্তি ঃ—**ইবুংঙো ভাকপিয়ু অপরাধ ( অরানবা )
অরানবা খিবিক ভাকপিয়ু।
মুংশিবগী মৈনা চাকলদুনা ভাওরবনা।

তৌহৈ তৌহৈদে খংদবনা তৌবা
অরানবা ঙাকপীয়ু।
ব্রজ নি থৌগী মচানি, ব্রজগী
অরাববু ঙাকপিবনি।
মরোল অহুমদা মান্নবা লৈতবনি
ঐখোইনা হায়বা ইনবিয়ু।

রাধে ঃ— ইবুংঙোবু শাওহনবীগনু
অরানবা পুম্বা ঙাকপীয়ু,
লেংখৎপিয়ু।

সূত্র ঃ— সখিশিংন হায়বা তারহুনা শ্রীরাধানু
শাওবা ফরহুন, শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী
অশাওবা মিংয়েং লৈতবা উরহনা কুঞ্জ
মন্দু দা লে শিনখি।
সখিশিংনা ইবেম্মবুসু কুঞ্জ মন্দুদা
লেংশিনহনখি।
মতম খংবি সখিশিংনা সেবা চংবা হৌরকলে
ইবেম্মা ইবুংঙোনা থাজেং নখাং
থোনগ্রব ভুংদা অচানবী সখিনা
ঈশিনচিংগা সেবা তৌজখি।
কনাগুম্বা সখিনা পান্ন খুদপ কৎচখি।
কনাগুম্বী সখি অনিনা চামোর থৌগল তৌজরি।
কনাগুম্বী সখিনা লৈ পরেং থোনজখরে।

অচানবী সখি অনিনা শ্রীচরনবু থৌগল
ফংজরে।
কবি সেখরনা অসিগুম্বা সেবাবু কৈদৌনু'দা
ফংজগবা আশা তৌজরি।

জয় ওইরে কুঞ্জ মন্থ'দা।
শ্রীরাধা মাধোব অ'ননা।
শ্রীনন্দে নন্দ ভানুকিশরি,
নো'গা নোংথাংগুম ফজরে,
অনিগী চরন্দা লৈ খুজোক
অসিগা পঞ্চ প্রান মণ্ডাগা
লোইননা শ্রীচরন অনিদা
কংচবি।
মপোক মপোক খুদিংদ
ননাই ওইবা পিনবিয়ু।
লৈ খুজোকশিগা ঐখোইনা
নিংবা থুংজগে।
কৎচরি অনিগী চরন্দা।
মপোক মপোক খুদিং
চরন সেবা ফংহনবিয়ু
ননাই ঐখোয়বু।
জয ওইরে রাধা গোবিন্দনা।
শ্যামগা লোইনা নুংঙাইজরে
কুঞ্জ বন অসিদা।

# আরাতি

আরতি কৎচরি শ্রীরাধা গোবিন্দদা

ললিতা সখিনা ।

শ্রীচরন্দা মরিরক য়েংঙৈ ।

থবাক্তা অনিরক য়েংঙৈ ।

মাইথোং থম্বালদা অমুক

কোইনা য়েংঙৈ ।

হক্চাং অপুম্বা তরেংলক য়েংঙৈ ।

শ্রীরাধাদা অম্তুম তৌনা য়েংঙৈ,

চামোর খোগল তৌঙৈ সখিশিংনা ॥

বসন্ত রাস লোইরে ।

# নিত্য রাস

## রাগ আলাপ

তা ন ন না তথন ন ন ন ন ( গী-সঞ্জ )

( বোরী কিয়ে অপরূপ বৃন্দাবন সোভাগী সঞ্জ )

নিংথিজৈদা বৃন্দাবনগী বন পুমনমকশে
কদম বকুলনা নিথিনা শাংল
ঋতু তরুকনা খোগল্লে সুরনর
মুনিশিংগী পুকনিং চুরি।

( শ্রীমন মধু বৃন্দাবন মণি মন্দির সোভাগী সঞ্জ )

নিংথিরবা বৃন্দাবনদা মণিগী মন্দিরনা
নিংখিরি।
মফম খুদিদা সনাগী সিংহাশোন
থম্লি।
মফম অদুদা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা ফমলি
ললিতা বিশাখাগা লোইননা মথল
মথা অয়াম্বা লিলা শানৈ।

**সূত্রঃ—**

অসেমদা শ্রীরাধা রানিমু
গুরুজন পুমনমক্কী সেবা
লোইরগা লুক্ হারে সখিশিংগা
লোইননা ।
অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণদা পোং
পানা লৈ পরেংনচিংবা পুমনমক
মনাইশিংগা শেমশাগনু
ল ইরগা ফি শেংফমদা
জেংশিন্দুনা মনাইশিংনা চৈবেম্মবু
শেমশাবা থ্বাংচেং নমথাং থোনব
লোইরগনা গুরজন পুমনমকনা
তুমখ্রে থংলগনু বৃন্দা দেবীনা তাকলম্বা
মফমদ মনাইশিংগা লেং ইননা
মন্দিরদগী লোম্না বনগী লম্বীদা
লেংথোকলকলে ॥

## অভিসার

(চললি আয়ে ধনি গজ গামিনিগী সঙ্গ)

লেংলকলে শ্রীরাধানা সখিশিংনা
ক্লোইশিন্দুনা ।
শরান মিচাকশিংগী ময়াইদা থানা
ভানবগুম ।

